# ꯃꯤꯇꯩ ꯂꯣꯟꯃꯤꯠ

# মীতৈলোনমীত

## (Meeteilonmit)


ꯃ. ꯂꯩꯁꯥꯃꯦ ꯁꯤꯡꯍꯩ

দা. সাপম তোম্বা





রাইটর্স ফোরম

ইম্ফাল

# ‘‘কচ্চবা’’

‘‘মীতৈলোনমীত’’
কৌবা লাঙ্গবীক অসী মীতৈলোনবু
নুঙসীবীবসীঙগী মফমদা নোল্লুক্লা কচ্চবী ।

অঙ্গবা

# সেক্রেটরীগী ৱারোল



**বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল**

১৯৮৮ দা লিংখৎচখিবা বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল অইবশিংগী যাইফনবগী পান্দমগা লোযননা হৌদোকচখিবনি । হন্দক পুথোকচবিবা ডা. এস. তোম্বা সিংহ, প্রোফেসব, মণিপুবী দিপার্টমেন্ট, মণিপুব য়ুনিভবসিতিগী মীতৈলোনমীত কৌবা লাইবিকসিনন্না ফোবমগী ৫৫ শুবনি । অইবগী মকওইনা শক্তাক্লিবা লাইবিকশিংদি মীতৈলোনগী ইতিহাস অমসুং লোনমীৎ (গ্রমাব)গী হীবমসিদনি । কপশৈ, মৈগী নাচোম হাযনা মিংথোনবা শৈবেংগী লাইবিক অনীগা অতৈ লাইবিক খবগা হান্ননা ফোঙখ্রে ।

লৈবাক্লা শকখঙনববা অইবা কযানা পুল্লগা শেমজখিবা সাহিত্যগী সংস্থান অসিনা হৌজিক ফাওবদা মাযকৈ অসোমদা লেপ্তুনা থৌগল তৌবক্লি। মেম্বব অইবশিংগী লাইবিক পুথোকচবদা নত্তনা সাহিত্যগী পাউ কৌবা থা ৩/৩গী চেফোঙ অমসু লেপ্তুনা মীযামদা খুদোল তৌবক্লি। চেফোঙ অসি দোকুমেন্টেসন্দা যুম্ফম ওইবা মবম্না মশাগী তোপ-তোপ্পা ফিদা অমা কঞ্জবি । অপাবশিংনা নোংমা-নোংমগী পাম্নবসু হেনগৎলক্লি হাযবদা হাযমনবা থোক্লবোই । অইবশিংগী ডিবেক্তবি অমগা এন্থোলোজী ওব মণিপুবী পোইমস কৌবা লাইবিক অনীসু ফোঙনবা থৌবাংদা লৈজবে ।

ডা. এস. তোম্বা সিংহগী মীতৈলোনমীত কৌবা লাইবিক অসি মীযামগী খুত্তা থম্মোয শেংনা শীন্নজবি ।

**বি. এস. রাজকুমার**
সেক্রেটবী
বাইর্টস ফোবম, ইম্ফাল ।

ইম্ফাল,
ওক্তোবব ১২, ২০০০ইং

# তৌবীমল খঙবা উতপা

লাঈরীকসী ফোঙদোক্লবা সেনগী মতেঙ পীবীবগীদমক অহানবমক্তদা বাঈর্তস ফোরম ঈম্ফাল অমসুঙ মসীগী থৌপুবসীঙবু থাগতচরী। ফোরমগী পান্দম মতুঙ-ঈন্না লাঈরীক অসী পুখোকনবা হোতনবদা হকথেঙননা নত্রগা নাকোয়ননা মতেঙ লৌজখীবা / পীবীরকখীবা পুন্নমক্কী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উতচবী।

লাঈরীক অসী অনৌবা বনানগী মওঙদা ঈথোকপীখীবা ঐগী ঈচা ঈবেম্মা পুবনীমাসি ময়াঙলম্বমগী মতেঙনা লাঈরীকসী মযামগী খুত যৌহনবা ঙমজরীবনী। তসেঙনা মহাক্কী মমল য়াম্লবা মতেঙ অসী নতলমদ্রবদী লাঈবীকসী পুথোকপা ঙমলোয়দৌবনী। মহাক্কী অচীনবা অমসুঙ অরাবা কয় থাদোক্লগা লাঈরীক অসী নম্বা ফাওবদা পুব য়েঙবী। পুন্নমকসীগীদমক্তা মহাকপু অমুক্কসু হন্না থম্মোয় সেঙনা থাগতচবী। অবোঈবদা ব্রীজার্দ কমপুতর প্রীনতীঙগী প্রোপ্রাঈতর শ্রী কমান্দেন অমসুঙ কাঙবুসু থাগতচবী।

ঈম্ফাল

তাঙ ১৫/১০/২০০০

*দা. এস. তোম্বা*

মীতৈলোনমীত

অফোঙবা - রাঈটবস ফোরম, ঈম্ফাল
অহানবা ফোঙবা - নবেম্বর, ২০০০

কোপীরাঈত - অঙ্গবা
কোপী মশীং - ১১০০ (লীসীঙ অমগা চামা)



মমল - লুপা ৬০/- (লুপা হুম্ফু)
নমফম - ৱীজার্দ কমপুটর প্রীনতীঙ,
সগোলবন্দ, ঈঙুদম লৈরক (থাঙগপাত মপাল), ঈম্ফাল

---

**MEETEILONMIT**

Published - Writers' Forum, Imphal
First Edition - November, 2000

Price - Rs. 60/- (Rupees sixty)
Printed at - **Wizard Computer Printing,**
Sagolband Ingudam Leirak (Thangapat Mapal), Imphal

# য়াওফম তাকপা

লামাঙ্গ



*****

# ৱাহৌদোক

(ক) লোনগী কাঙলুপ / সাগৈ

মালেমস'দা লোন কযামবুম ভাঙনবী । মীতৈ ৱাহৈদা "লৈকাঈ অমা সৈসক (লোন) অমা" হাঈনবা লৈ । হাঈবদী লম, ধর্ম্ম, মী কাঙলুপ কযাগী তোঙান-তোঙানবা লোন লৈনৈ । অদুগা লোন অমখক্তগী মনুঙদসু লম অমগা লম অমগা মান্নদবা মসক কযা অদুম উবা ফঙঈ । অদুম ওযনমক মান্নদবসীঙ অদু তোঙানবা লোন অমা ওযনদী লৌনদে, হাঈবদী লোন অদুগী লোনথৈ (Dialect) ওযনা লৌনৈ ।

মালেমসীদা ঙাঙনবীবা মবু ওযবা লোনসীঙগী মসীঙ অসী অখঙ-অহৈসীঙগী মত মতুঙঈন্না - চাউবাক্লা ২৭৯৬ লোম ওযগনী হাঈনা লৌনৈ । অদুবু যাম্না কুপ্না নৈনববদী / থীববদী হাঈবীবা মসীঙ অসীদগী সোযদনা হেনগনী । অদুবু মসীঙ থীদুনা নৈনবগী মহুততা হাঈবীবা লোনসীঙ অসীগী মখল/কাঙলুপ খাঈদোক্লুনা সমলপ্না তাক্লগা মীতৈলোন অসী কবম্বা কাঙলুপকী মনুঙ চনবগে তাকনবা হোতনবী । অহানবদা লোনগী কাঙলুপ / সাগৈ মতৌ কবম্না খাঈদোক্লবগে হাঈবদু সমলপ্না মখাদা পীবী ঃ-

(ক) লমখৈগী মতুঙঈন্না লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ খাঈদোকপা
(খ) জাতী/ধর্ম্মগী মতুঙঈন্না " "
(গ) লৈবাক লমখৈ (দেস)গী মতুঙ ঈন্না "
(ঘ) মতমগী মতুঙঈন্না ( অবীবা মতম, অনৌবা মতম) "
(ঙ) লোনগী মওঙ / মসক্কী মতুঙঈন্না " "

মথক্তা পীবীবা / ঈবীবা লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ খাঈদোকপগী মওঙ অসীগী মনুঙদা মঙাসুবা (ঙ) অসী নততবা অতৈ অসীদী অযাম্বা অখঙ অহৈসীঙনা যানদ্রে । মবমদী জাতী/ধর্ম্ম/লম/লৈবাক অমগী

মনুঙদা লোন ময়াম ঙাঙনবা মী কাঙলুপ ময়াম তোতনদুনা লৈ । খুদম ওয়না মনীপুরী লোন অসী মীতৈ, মীতৈ পাঙল, চীঙমী, খুম ., চকপা, চেঙলৈনচীঙবা মীওয় কাঙলুপ ( ধর্ম্ম/জাতী ) তীন্নদবা কয়ানা ঙাঙনৈ। অসুম্না বাঙলা, হীন্দী, মরাথীনচীঙবা লোন কয়াসু জাতী ধর্ম্ম অমসুঙ লমখৈগী ৱাঙমদা ঙাঙনবা লোনসীঙনী । পনজাবী, ঈঙলীস অমসুঙ মলয়ালম ঙাঙবা মী কয়া মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা লৈরী।

মথক্তা খাঈদোক্লীবা মখলসীঙ অসীগী মনুঙদা হৌজীক লোন নৈনবা অখঙ অহৈসীংনা য়ানরীবা মওঙদী - মঙাসুবা মখল অসীগী মতুঙঈন্না লোনগী মসাজন, সাজত-মসক মওঙ মান্নবা / নক্নবা অদু য়েঙলগা কাঙলুপ / সাগৈ খাঈবা মওঙ অসীনী । মসীগী মতুঙঈন্না মখল খাঈদোকপা চুমঈ হাঈনা লৌনরে । মরমসীনা হৌজীক নৈনরক্কদৌবীবা মীতৈলোন অসীসু হাঈরীবা মসক মওঙগী মতুঙঈন্না কাঙলুপ / সাগৈ খাঈদোকপা মত অদুগী মতুঈন্ননী ।

মীতৈলোন অসী G.A. Grierson না কুকী চীন কাঙলুপকী মনুঙ চল্লী হাঈনা মতম প্রী । অদুগা P.K. Benedict নদী Tebeto- Burman গী Kuki-Naga কাঙলুপকী মনুঙ চল্লী হাঈ । শ্রী নন্দলাননসু হাঈরীবা মতসী য়াঈ "Manipuri is the most widely used Tebeto-Burman language of India" ( Nandalal, 1987, p. 1).

মতৌ অসুম্না লাঈরীকসীবু ঈরীবা ঐহাক্কী মতসু হাঈরীবা কাঙলুপ অসীগী মনুঙদা মীতৈলোনসীসু চল্লী হাঈবসীনী । মরমদী হাঈরীবা লোন অসীগী Genetically (হৌরকফম) য়েঙবদসু অমততা ওয়গল্লী খল্লী । লোন সাগৈ / কাঙলুপ অসীগী মনুঙদা লৈরীবা লোনসীঙগী-ৱাহৈ, খোনথোক, খোলহাঈ (Tone) অমদী Grammatical Items - Gender, Tense, Number, Person অসীনচীঙবা থাক (level) কয়াদা মান্নবা লৈ।

খুদম :-

| মনীপুরী | বর্ম্মীজ | কুকী/নাগা | তীবত |
|---|---|---|---|
| মী (মীপোঙ) | মী/পোঙ | মী | মী |
| ঙা | ঙা | ঙা | ঙা |
| অমা | অমা | অমা | অমা |
| চে | চে | চে | চে |
| চেক | চেক | চেক | চেক |

অসীনচীঙবা ।

তীবতোবর্মন হাঙ্গব' লোন কাঙলুপ অসী হীমালয চীঙজাউগী অৱাঙ নোঙপোকলোমদা সন্দোবক্লীবা মসা-মবেঙ চীঙসাঙ নাপোমসীঙ অসীদা লৈবা /তাবা মবু ওযনা তীবত্তকী বর্মা ফাউবগী মনুঙদা লৈবীবা মী কাঙলুপসীঙ অসীনা ঙাঙনবীবা লোনসীঙসীনী । মসীগী মনুঙদা (মনীপুবী-মীতৈলোন) অসী যাম্না মবুওযবা অমনী । মবমদী মসীগী লোন, মযেক, সাহীত্য অমসুঙ সঙসক্রীতীগী লীববা অমসুঙ মপুঙ ফাববা ঈতীহাস অমা লৈ ।

*অঙ্গবা*

********

## (খ) বনানগী মরমদা ব্রাফম খরা :-

লোন অমগী মনুঙদা লৈবা ব্রাহৈগী মহুত সীন্দুনা ঈবা ময়েক (খুদম) অদুবু (Spelling) বনান হাঈনা খঙনৈ । বনান হাঈবসি য়ান্নবা/চতনবা মসক(Traditional and convention) অমনী। অমবোমদা বনান হাঈবগা লোনগী/ব্রাহৈগী অঈবা মসক ওয়বা (written form) অদুবু খঙনৈ। মীতৈলোন্দা লাঈরীকসীগী অঈবনা পোরম কাঙলীবা(suggestion) তৌবীবা ) অসী খোনথোক/ময়েক ৩২ (কুন্থ্রানিথোঙ্ঈ) সীনা ঈনরকবদি হৌজীক -হৌজীক মীতৈলোন ঈবদা থেঙনরীবা বনানগী চাঙ মান্নদবা (বনান লানবা) অসী ৯৯½%(মরীফুতরা মাপল মখাঙ্ঈ)দী কোক্কনী হাঈবসীনী। হাঈরীবা খোনথোক ৩২ অসীগী মহুত সীনবা ময়েক/খুদম অদু মখাদা পীবী:-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| অ | ক | স | ল | |
| আ | ম | প | ন | |
| ঈ | চ | ত | খ | |
| উ | ঙ | থ | ব্র | |
| ও | য় | হ্ | ফ | |
| ঔ | গ | জ | দ | |
| এ | ব | র | ঘ | |
| ঐ | ঝ | ধ | ভ | -৩২ |

মথক্তা পীরীবা/ঈরীবা খোনথোক ৩২গী মহুত সীল্লীবা ময়েক ৩২ অসীনা হৌজীক ঙাঙনরীবা মীতৈলোন(মনীপুরী) অসী মপুঙ ফানা অমসুঙ ফজনা ঈবা য়াঈ। অদু ওয়রবদী বনান লানবা/মান্নদবা অসী ৯৯-½% কোকঈ।

লোন অমগী অঈবা মসক/বনান(spelling) হাঈবসী মীতনা য়াবা অমসুঙ নাকোঙনা তাবা(পাবা অমসুঙ তাবগী হৈনবী) নত্রগা লোন্দুবু ঙাঙলীবা অমসুঙ ঈনরীবা মীওয় কাঙলুপ অদুগী য়ানবা অমগী (understanding)গী

মওঙ/মসক অমনী । খুদম ওযনা:-

**(ক) নাকোঙনা য়াবা মীতনদী য়াদবা**

I C A B ( I see a bee)

4 U- ( For you )

G 10 ( Jeeten )

U N I - (You and I)

I M z - ( I am zet ) অসীনচীঙবা।

**(খ) মীতনা য়াবা নাকোঙনদি য়াদবা**

আঈ কনো- (I know)

থেবেফোবে (Therefore)

বুত -(But)

কুত -(cut)

চেমেসন্ত্রী- ( Chemistry)

আরচীতেক-(Carchitect)

পসাঈকোলোজী- (Psychology)

চাও-(Chao) অসীনচীঙবা।

মথক্তসু ঈখ্রে, মীতৈলোন্দা হৌজীক - হৌজীক ঈনবদা বনান চাঙ মান্নদবা/লানবা-(খুদম- হীবম হিবম, নীযম-নিযম,তাইবং -তাঈবঙ/তাংবঙ, মী মি অসীনচাঙবা) অসী অঈবনা হাঈজবীবা খোনথোক(মযেক) ৩২ অসীনা ঈববদী ৯৯ $\frac{1}{2}$% কোক্কনী অদুগা লেমহৌবীবা $\frac{1}{2}$% অসীদী মখাদা ঈনীবা মযেক/খোনথোক অসীনা থোকহনবনী। খোনথোকসীঙ অদুদী ঃ-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| উ | - | ও | | |
| ঈ | - | য | | |
| ন | - | ল | | |
| আ | | া | = | ৮ ( নীপাল) |

অসীনী।

হাঈবীবা খোনথোক মযেক ৮ অসীনা অমনা অমগী মফমদা ল'কপা / ঈবা/পাবা হাঈবসীসু বনান লানবগী মসক অমনী । মবম অসীনা মসীগী মতাঙদা চতন- পথাপ অমা সেমদুনা মখাদা পীজবী ঃ-

## উ —— ও

মযেক অনীসী মখাদা পীবীবা মওঙ (নীযম) অসুম্না লেপ্পা যাঈ-

| মীঙসক (Noun) | | থৌতাক (Verb) |
|---|---|---|
| পাউ | --- | পাও |
| থাউ | --- | থাও |
| কাউ | --- | কাও |
| লাউবা | --- | লাওবা |
| যেঙও | --- | যেঙঙো/ঙু |
| চতপা | --- | চতলো/লু |

অসীনচীঙবা ।

## ঈ —— য়

মথকতা পীবীবা মযেক অনী অসী মীঙসক (Noun) অমসুঙ থৌতাক (Verb) খঙনবা ব্রাহ্মেসীঙগী মযাঈ অমসুঙ অবোযবদা মথঙসীতনা 'ঈ' অমসুঙ 'য' লাক্লবদী আকাব (া) গা 'ঈ' গা অদুগা ওকাব (ে া) লাক্লবদী / লৈববদী 'য' ঈগনী / সীজন্নগনী । খুদম :-

| আ + ঈ | ও + য় |
|---|---|
| পাঈ | পোয |
| লাঈ | লোয |
| তাঈ | তোয |
| থাঈ | থোয |

| | |
|---|---|
| হাঙ্গৈ | হোয |
| কাঙ্গৈবা | কোযবা |
| খাঙ্গৈবা | খোযবা |
| ফাঙ্গৈবা | ফোযবা |
| চাঙ্গৈবা | চোযবা |

অসীনচীঙবা ।

## ন —— ল

'ন' অমসুঙ 'ল' অনীসী অমনা অমগী মহুততা হাঙ্গৈবদী ৱাহৈগী মযাঙ্গৈ অমসুঙ অবোযবদা লাকপা ঙম্মী । খুদম ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| লোন | --- | লোল |
| মতোন | --- | মতোল |
| ফান | --- | ফাল |
| পন | -- | পল |
| পুকচেন | --- | পুকচেল |
| উফুন | -- | উফুল |
| অকোনবা | - | অকোলবা |
| ম'পন | --- | মাপল |
| লোনবা | - - | লোলবা |
| চেনবা | --- | চেলবা |

অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীবীবা খুদমসীঙ অসী চুম্মী। চতনবা যাঙ্গৈ। মসীবু অমনা অমগী মহুতসী'নব' যাবা মযেক (Free variation) কৌঙ্গৈ।

**খঙগদবা**- 'ন' অমসুঙ 'ল' অনীগী মথক্তা লৈবীবা মওঙ অসীদা অমনা অমগী মহুত সীনবা যাবা শোনথোক(মযেক) ওযনা লৈ হাঙ্গৈবসী মযেক সেঙলে। অদুবু 'ন' অমসুঙ 'ল' গী মখাদা(মথঙদা) মান্নদবা মযেক হাঙ্গৈবদী 'ন'গী মথঙদা

'ল' নত্রগা 'ল'গী 'ন' লাক্লবদী অকোনবগী ময়েক অদু মথক্কী নত্রগা মখাগী ময়েক অদুগা মানহন্নগনী। মসীবু এসীমীলেসন তৌবা হাঈনা খঙনৈ।

**খুদমঃ-**

| | |
|---|---|
| লোনলী- লোল্লী | ন > ল |
| লোলনী- লোন্নী | ল > ন |
| পোনলী- পোল্লী | ন > ল |
| তোলনী- তোন্নী | ল > ন |

অসীনচীঙবা

## আ —— া

'আ' অমসুঙ 'া' অনী অসী ৱাহৈগী অবোযবদা হাপ্পা নত্রগা হাপতবা অনামক হৌজীক চতনবী। খুদম :-

| | | |
|---|---|---|
| চাবা | - | চাব |
| তাবা | - | তাব |
| পাবা | - | পাব |
| উবা | - | উব |
| ঈবা | - | ঈব |

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা**-মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুন্নমক অবোযবদা 'া' হাপতবা যাবদী নততে। খুদম :-

লা, ঙা, থা, তা, পা, মা, হা, কা, না,

অসীনচীঙবা

৮/৫বম অসীনা 'া' হাপ্পা যাবা/যাদবগী তোঙানবা ।।১। অমা সেম্বা ঙমদবনীনা 'া' অসী অসুম হাপ্পসীনা অঈবগী অপাম্বনী।

**মথক্তা হাঈরীবা /পীরীবা নীয়ম অসী ঙাক্না চতনগদবনী।**

লাঈরীক অসীদা অঈবনা/সীজন্নরীবা বাঙলা ময়েক পুন্না ৩২ নী। মসীনা হৌজিক ঙাঙনরীবা মীতৈলোনগী ৱাহৈ প্ৰীরদা য়াউরীবা/ লৈরীবা ৱাহৈসীঙ(মীতৈলোনগী অরীবা, অনৌবা ৱাহৈ অতোপ্পা লোন্দগী লাকপা/ চঙলকপা) লোয়না ঈবা য়াঈ। খুদম :-

পলেম, পনথৌ, ঈস্বর, শ্রী, মন্দীর, সাঈকোলোজী, কেমেস্ত্রী (চেমেস্ত্রী), ঘর(ঘোর), জল(ঝোল), স্কুল, সতুদেন্ত, বালতী, ক্রীম, কনহাঈ, বীসনু, অগ্নী, রীকসা, রকসা, ধরমা, সরমা, বীনীত, জমুনা, ব্রীন্দাবন, সন্ত্রী, জগনাথ, অসীনচীঙবা।

**তপ্লবা ময়েক**- বাঙলা ময়েক্তা ময়েক তপ্লবগী চতনবী অমা লৈ। মরম অসীনা বাঙলা ময়েক্কী তপ্লবগী চতনবী অসী মুন্না খঙদবা য়াদে।

## (১) নীঙসা + হক (স্বর + ব্যনজন)

| | |
|---|---|
| ক + ঈ = কী | ক + উ = কু |
| ক + এ = কে | ক + ঐ = কৈ |
| ক + ও = কো | ক + ঔ = কৌ |

**অসীনচীঙবা**

## (২) হক + হক (ব্যনজন + ব্যনজন)

ক + ক = ক্ক

ক + ত = ক্ত

ক + ল = ক্ল

**অসীনচীঙবা**

বাঙলা ময়েক তপ্লবা যাবসীঙ অসী অমগা-অমগা তপ্লবা/তীন্নবা মতমদা

(ক) (খ)

মসক খরা হোঙবা/পুমহোঙ হোঙবা যাউঙ্ঈ। খুদম :-

**(ক) মসক খরা হোঙবাঃ-**

ক + ক = ক্ক

প + প = প্প

ম + ব = ম্ব

চ + চ = চ্চ

ল + ল = ল্ল

ন + ন = ন্ন

অসীনচীঙবা

**(খ) তপ্নবা মতমদা মসক পুমহোঙ হোঙবা। খুদম:-**

ব + ক = র্ক

ক + র = ক্র

ত + র = ত্র/ত্র

গ + ু = গু/গু

হ + ম = হ্ম/হ্ম

অসীনচীঙবা।

**মথক্কী মসক হোঙবা ময়েকসীঙ (ত্র গু হ্ম) সী লৌদবা ফৈ।**

মথক্তা পীরীবা/ঈবীবা তপ্নবা মযেকসীঙ অসী যেঙলগা অমুক হন্না মখল অনী থোক্না খাঈদোকপা য়াঈ ঃ-

**১) সাগৈ মান্নবা ময়েকসীঙ তপ্নবা । খুদম:-**

অ + অ = আ

উ + উ = ঊ

ক + ক = ক্ক

চ + চ = চ্চ

প + প = প্প

## ২) সাগৈ মান্নদবা ময়েকসীঙ তপ্নবা। খুদম:-

অ + ক = কা

ঈ + ক = কী

উ + ক = কু

ক + য = ক্য

ঙ + ক = ঙক

ন + ত = ন্ত

অসীনচীঙবা।

অসুম্না লাঈবীক অসীদা সীজন্নবীবা/ঈনবীবা ময়েক ৩২ অসীগী মনুঙদা তপ্নবা যাবা মসকসীঙ অদু অমুক হন্না উতলী- ꯊꯣꯛꯂꯤ

## ১) ময়েক অনী তপ্নবা

ক +

| | |
|---|---|
| ক + আ = কা | ক + ক = ক্ক |
| ক + ঈ = কী | ক + ত = কত |
| ক + উ = কু | ক + ন = ক্ন |
| ক + এ = কে | ক + ব = ক্ব |
| ক + ঐ = কৈ | ক + য = ক্য |
| ক + ও = কো | ক + ব = ক্র |
| ক + ঔ = কৌ | ক + ল = ক্ল |
| | ক + স = ক্স |

খ +

| | |
|---|---|
| খ + আ = খা | খ + ব = খ্ব |

খ + ঈ = খী খ + য় = খ্য
খ + উ = খু খ + র = খ্র
খ + এ = খে
খ + ঐ = খৈ
খ + ও = খো
খ + ঔ = খৌ

গ +

গ + আ = গা গ + ব = গ্ব
গ + ঈ = গী গ + র = গ্র
গ + উ = গু গ + য় = গ্য
গ + এ = গে
গ + ঐ = গৈ
গ + ও = গো
গ + ঔ = গৌ

ঙ +

ঙ + আ = ঙা ঙ + ক = ঙ্ক
ঙ + ঈ = ঙী ঙ + খ = ঙ্খ
ঙ + উ = ঙু ঙ + গ = ঙ্গ
ঙ + এ = ঙে ঙ + ঘ = ঙ্ঘ
ঙ + ঐ = ঙৈ ঙ + ঙ = ঙঙ
ঙ + ও = ঙো ঙ + য় = ঙ্য
ঙ + ঔ = ঙৌ ঙ + র = ঙ্র

চ +

চ + আ = চা চ + চ = চ্চ
চ + ঈ = চী চ + য = চ্য
চ + উ = চু চ + র = চ্র

চ + এ = চে
চ + ঐ = চৈ
চ + ও = চো
চ + ঔ = চৌ

জ +

জ+ আ = জা     জ + জ = জ্জ
জ + ঈ = জী          জ + ব= জ্ব
জ+ উ = জু     জ + ব = জ্র
জ +এ = জে
জ+ ঐ = জৈ
জ +ও = জো
জ+ ঔ = জৌ

ত +

ত + আ = তা     ত + ত = তত
ত + ঈ = তী     ত + ব = ত্ব
ত + উ = তু     ত + ন = ত্ন
ত + এ = তে          ত + ম = ত্ম
ত + ৈ = তৈ     ত + য = ত্য
ত +আ = তো     ত + ব = ত্র
ত + ঔ = তৌ
থ + আ = থা     থ + য = ত্য
থ + ঈ = থী     থ + ব = থ্র
থ + উ = থু
থ+ এ = থে
থ + ঐ = থৈ
থ + ও = থো
থ + ঔ = থৌ

দ +

দ + আ = দা
দ + ঈ = দী
দ + উ = দু
দ + এ = দে
দ + ঐ = দৈ
দ + ও = দো
দ + ঔ = দৌ
ত + ঔ = তৌ

দ + দ = দ্দ
দ + ব = দ্ব
ম + ম = দ্ম
দ + য় = দ্য
দ + র = দ্র

ন +

ন + আ = না
ন + ঈ = নী
ন + উ = নু
ন + এ = নে
ন + ঐ = নৈ
ত + ও = নো
ন + ঔ = নৌ

ন + জ = ন্জ
ন + ত = ন্ত
ন + থ = ন্থ
ন + দ = ন্দ
ন + ন = ন্ন
ন + ধ = ন্ধ
ন + ব = ন্ব
ন + য় = ন্য

প +

প + আ = পা
প + ঈ = পী
প + উ = পু
প + এ = পে
প + ঐ = পৈ
প + ও = পো
প + ঔ = পৌ

প + ত = প্ত
প + ন = প্ন
প + য় = প্য
প + র = প্র
প + ল = প্ল
প + স = প্স

ফ +

ফ + আ = ফা　　ফ + র্ = ফ্র

ফ + ঈ = ফী　　ফ + য় = ফ্য

ফ + উ = ফু

ফ + এ = ফে

ফ + ঐ = ফৈ

ফ + ও = ফো

ফ + ঔ = ফৌ

ব +

ব + আ = বা　　ব + দ = ব্দ

ব + ঈ = বী　　ব + ব = ব্ব

ব + উ = বু　　ব + য় = ব্য

ব + এ = বে　　ব + ব = ব্র

ব + ঐ = বৈ

ব + ও = বো

ব + ঔ = বৌ

ম +

ম + আ = মা　　ম + ম = ম্ম

ম + ঈ = মী　　ম + প = ম্প

ম + উ = মু　　ম + ফ = ম্ফ

ম + এ = মে　　ম + ব = ম্ব

ম + ঐ = মৈ　　ম + ভ = মভ

ম + ও = মো　　ম + ন = ম্ন

ম + ঔ = মৌ　　ম + র = ম্র

ম + য় = ম্য

ম + ল = ম্ল

য় +

য় + আ = য়া

য় + ঈ = য়ী

য় + উ = য়ু

য় + এ = য়ে

য় + ঐ = য়ৈ

য় + ও = য়ো

য় + ঔ = য়ৌ

র +

র + আ = রা

র + ঈ = রী

র + উ = রু

র + এ = রে

র + ঐ = রৈ

র + ও = রো

র + ঔ = রৌ

র + ক = র্ক

র + খ = র্খ

র + গ = র্গ

র + চ = র্চ

র + জ = র্জ

র + ত = র্ত

র + থ = র্থ

র + দ = র্দ

র + ধ = র্ধ

র + ন = র্ন

র + প = র্প

র + ফ = র্ফ

র + ব = র্ব

র + ভ = র্ভ

র + ম = র্ম

র + য় = র্য়

র + স = র্স

ল +

ল + আ = লা　　ল + ত = ল্ত
ল + ঈ = লী　　ল + ব = ল্ব
ল + উ = লু　　ল + ল = ল্ল
ল + এ = লে　　ল + য = ল্য
ল + ঐ = লৈ　　ল + ব = ল্ব
ল + ও = লো　　ল + ব = ল্র
ল + ঔ = লৌ

ৱ +

ৱ + আ = ৱা
ৱ + ঈ = ৱী
ৱ + উ = ৱু
ৱ + এ = ৱে

স +

স + আ = সা　　স + ক = স্ক
স + ঈ = সী　　স + ত = স্ত
স + উ = সু　　স + থ = স্থ
স + এ = সে　　স + ন = স্ন
স + ঐ = সৈ　　স + প = স্প
স + ও = সো　　স + ব = স্ব
স + ঔ = সৌ　　স + ম = স্ম
স + ল = স্ল
স + য = স্য
স + ব = স্র

হ +

হ + আ = হা　　হ + ন = হ্ন

হ + ঈ = হী          হ + ব = হ্ব

হ + উ = হু          হ + ম = হ্ম

হ + এ = হে          হ + য় = হ্য

হ + ঐ = হৈ          হ + র = হ্র

হ + ও = হো          ল + র = ল্র

হ + ঔ = হৌ

বাঙলাময়েকতা ময়েক অনী ফাউবা তপ্নবগী খুদম মথকতা পী্খ্রে। হৌজিক মীতৈলোনদা ঈনবা / সীজিন্নবা ময়েক অহুমদগী মরীফাউবা তপ্নবগী খুদম মখাদা পীরি।

ময়েক অহুম তপ্নবা-

ক + ত + ব = ক্ত্ব/ক্‌ত্ব

ঙ + খ + ব = ঙ্খ্ব - ঙ্খ্ব

ন + ত + ব = ন্ত্ব/ন্‌ত্ব

র + ত + ত = র্ত্ত/তর্ত

ত + ত + ব = ত্ত্ব/তত্ব

ঙ + গ + ব = ঙ্গ্ব/ঙ্‌গ্ব

ন + ধ + গ = ন্ধ্য/নধ্য

খঙগদবাঃ- ময়েক অহুম তপ্নবা ময়েকসীঙসী মসা মতোমদা মপুঙ ফাজবা ঙমদে।

**ময়েক মরী তপ্নবা**

ম + ব + র + উ = ম্ব্রু(সম্ব্রু)

ন + ত + ব + এ = ন্ত্বে(হন্ত্বে)

ক + ত + র + উ = ক্ত্রু (পীক্ত্রু)

র + ত + র + য় – র্ত্র্য (মর্ত্র্য)

প + ত + র + ত্র = প্ত্রে(কপ্ত্রেঙ)

ম + প + র + আ = ম্প্রা (চম্প্রা) অসীনচীঙবা।

খঙগদবা- ব্রেকেত অসীগী মনুঙদা লৈরীবা অহানবা ময়েক- **স, হ, প, ম, ক, চ** সী তপ্লবদা যাউদে।অদুবু মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা মখোয়না লৌরীবা/ তৌবীবা থৌদাঙদী যাম্না চাউঈ।

মথকত্ত বাঙলা ময়েক্লা তপ্লদুনা / তপ্লরগা ঈবগী মওঙ/নীয়ম খরা উতথ্রে/ তাকথ্রে। মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা বাঙলা ময়েক মরী তপ্লবদগী হেন্না য়াউবা ৱাহৈসীঙ ঈবা/সীজন্নবগী খুদম ফঙদে। অদুগা ময়েক মরী তপ্লবা অসীদা কা হেন্না চাউবা (স.ঙবা) য়াউঈ। খুদম: স্থু, ক্তু, ভ্রু অসীনচীঙবা। মরমসীনা ময়েক তপ্লবা অসীসু সিলেবল অমগী মযেকতম্ক তপ্লবা- সম + ব্রু, পীক + ত্রু অসীনচীঙবা অসিদা লৌবনা ফৈ।

তপ্লবা ময়েকসীঙ অসীগী মনুঙদা ময়েক খরদী তপ্লবা মতমদা মসক অনী-অনী সুঈ। খুদম ঃ-

   

হ + উ = হু = হু    স + উ = সু = সু

গ + উ = গু = গু    র + উ = রু = রু

ক + ত = ক্ত = ক্ত    ঙ + গ = ঙ্গ = ঙ্গ

ক + র = ক্র = ক্র    ভ + র = ভ্র = ভ্র

হ + ম = হ্ম = হ্ম    ম + ফ = ম্ফ = ম্ফ

অসীনচীঙবা।

লাঈরীক অসীদা অকোনবাময়েক্কী তপ্লবা /নীয়ম অসী ( ✓ ) ওয়না লৌঈ/সীজিন্নে। অহানবগী ☒ অসী লৌদ্রে । মরমদী অহানবগী মসক ওনবা/ হোঙবা মওঙ অসীদী হৌজীক মতমদা চতনদ্রে/চানদ্রে।অনৌবা সাঈন্সকী পোতথোক কয়া লাকপা অমসুঙ মতমগী ওল্লকপা অসীনা হেন্না খুদোঙচাবা অমদী লাঈনা খঙনবা পাম্বে ওয়নরে।

অনৌবা পথাপ অসীদা অখঙ অহৈসীঙগী অখন্নবা মীতয়েঙ চীঙসনজরী।

# মীতৈলোনমীত

## লোনমীত্ (গ্রম্যার) গী পান্দম

লোনমীত অমগী পান্দমদী লোন অদুবু মসাগী ওঙ্গবা লোনচত অমসুঙ মসাজন্দুনা মতুঙ ঈন্না নৈনবনী। লোন অমগী মনুঙদা লৈরীবা খোনথোক, ৱাহৈ, ৱাহৈপরেঙ অমসুঙ অর্থগী মতুঙ ঈন্না সীজন্নবা, সকওন সাজতকী মতুঙ ঈন্না নৈনবনী। মরম অসীনা অখন্নবা লোন অমগী লোনমীত লৈতবা য়াদে। খুদম ওয়না "মীতলোনমীত" হাঙ্গৈরগা মীতৈলোনতগী ওয়বা লোনমীত অদুবু খঙনগনী।

মীতলোনমীত হাঙ্গৈবসীদা মীতৈলোনগী খোনথোক, ৱাহৈ, ৱাহৈপরেঙ, ৱাহৈগী অর্থ, পাউরৌ, পাউখোঙনচীঙবা কয়া নৈনদুনা তাকপনা মসীগী পান্দমনী। অসুম্না অখন্নবা লোন অমগী অখন্নবা লোনমীত (গ্রামার) লৈনৈ।

লোনমীত অমনা মসীগী পান্দম (তরগেত) ওয়রীবা লোন অদুগী মবমদা থীজল্লী, মবম অসীনা লোন্দুগী অরীবা, হৌজীক ওয়রীবা অমসুঙ তুঙদা ওয়বকপা যাবা মসক কয়া অদু তাক্লবা হোতনৈ। মীতৈলোনগী লোনমীত অসীদসু মীতৈলোনগী অরীবা, হৌজীক ওয়রীবা অমসুঙ তুঙদা ওঙ্গীকপা য়াবা মসকসীঙ অদু নৈনদুনা তাকনবা হোতনরী।

# লোনমীত কী সম্লপ্পা ৱারী

লোনমীতকী সম্লপ্পা ৱারী লোনমীতকী মরমদা ঈহান হান্না খন্ন-নৈনবা হৌখীবসী ভারতনী হাঙ্গনা লোনমীত নৈনরোঙ্গসীঙনা য়ানৈ। অদুম ওয়নমক ভারততা করম্বা মতমদা কনানা অহানবা লোনমীত ঈখীবগে হাঙ্গবদুদী ঙসী ফাওবা খঙবা ঙমদ্রী। অহানবা লোনমীত অদুগী মমীঙ করী কৌঈ ? মদুদা করী-করী য়াওঈ হাঙ্গবনচীঙবা ৱাহঙ কয়া হৌজীক ফাওবা হঙনরী।

ভারতকী লোন নৈনরোয়সীঙনা থাজনৈ, ঈহান হানবা লোন নৈনবা নুপা অসী ঈন্দ্র ওঈগনী। মহাক্না (ঈন্দ্রনা) রীগবেদগী লোনবু য়াম্না কুপ্না নৈনখী হাঙ্গনা থাজনৈ। অদুবু হাঙ্গরীবা থাজবসীগী মরম চাবা প্রমানদী ফঙদে। অদুম ওঈনমক ভারততা লোনগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খন্না নৈনবগী থবক অসী ঙন্না হৌখী হাঙ্গবসীদী অয়াম্বা লোন নৈনরোয়সীঙনা য়ানৈ। খৃ: গী মমাঙ চহী ৩০০ (চহুম) লোমগী মমাঙদা পানীনীনা "অস্তাধ্যয়" কৌবা সঙস্ক্রীত ব্যাকবন অমা ঈরম্মী। মসী মতমদুগী ওঈনা য়াম্না মপুঙ ফাবা অমসুঙ মীয়াম্না পাম্নবা ব্যাকরননী। মসী তাঙকক ৮ (নীপাল) থোক্লা খাঈদোকতুনা লোনগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনবা গ্রামার অমনী। মসীদা খোম্থোক, ৱাহৈ, ৱাহৈপরেঙনচীঙবা কয়াগী মরমদা সুগাঈনা তাকঈ।

শুসাইনা

নোঙচুপলোমদসু পানীনীগী মতমনী হাঙ্গনা লৌরীবা / পানরীবা প্লেতোনা ঈঙরাজী লোনগী মরমদা নৈনবা হৌখী। মসীনা ঈঙরাজীগী অহানবা লোনগী মরমদা নৈনবা হৌরকপনী হাঙ্গনা লৌনৈ। মহাক্কী মতুঙদদী অতৈ লোন নৈনরোয় কয়ানা মথঙ মথঙ লোনমীত কয়া ঈনখীবগী বা লৈ।

মীতৈ লৈবাক্তা কনানা করম্বা মতমদা লোনগী মরমদা নৈন্নখীবা নত্রগা ঈরম্বগে হাঙ্গবগী মরমদা অঙনবা মতমগী ওঙ্গনদী চপ-চাবা খুদম ফঙদে। সোক ১৯১২ দা দবর্লাউ পেতীগ্রুনা "মীতৈ লোনগী ব্যাকরন" কৌবা লোনমীত অমা ফোঙলম্মী। মসীনা মীতৈলোনগী অহানবা লোনমীতনী। মসীগী মমাঙদা হান্না লাকলম্বা সাহেপ মচা খরনা ঈঙরাজীগী মান্নবা ব্রাহ্মীগী খোমজনবা সবুক খরা মাগী-মাগী লাঙ্গরীক্তা ঈবম্বা / ফোঙলম্বা খরদী য়াওঙ্গ। অদুবু মদুনা অসেঙবা লোনমীতকী লমদা খুত থারমবনী হাঙ্গনা লৌবা য়ারমদে। মরম অসীনা পেতীগ্রুগী ব্যাকরন অসীনা মীতৈলোনগী অহানবা লোনমীতনী হাঙ্গনা লৌবা তাঙ্গ।

মসীগী মথঙদদী মীতৈলোনগী নৈন্নরোয় কয়ানা মীতৈ লোনমীত কয়া মথঙ-মথঙ ঈনরক্লে। মখোয়সীঙদুদী :-

(১) য়েঙখোম ভৈগ্য সীঙহ -কাব্যরোন

(২) মধুমঙগোন সীঙহ -মৈতৈলোনগী ব্যাকরন

(৩) কলাচন্দ সাস্ত্রী - মনীপুরী ব্যাকরন কৌমুদী

(৪) নন্দলান সরম্মা - মৈতৈলোনগী ব্যাকরন

(৫) দীজমনীদেব সরম্মা -মনীপুরী ব্যাকরণ

(৬) এল.নরায়ন সরম্মা- মনীপুরী ব্যাকরণ

অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীরীবা লোনমীতসীগু অসীনা মীতৈলোনগী লোনচত, লোনগী খোঙথাঙ অমসুঙ সাজত মহৌসাগী ওয়বা মীতয়েঙদা য়েঙলগা মসা-মসাগী ওয়বা মত পী। মখোয়সীদা নততনা মীতৈলোনগী মরমদা থবাঈ য়াওবা মীওঈ কয়াগী মনুঙদা বা. তোমচৌ সীঙহ , দা. এম.এস. নীঙোম্বা, দা.পী.সী. থৌদাম, দা. আঈ.এস. কাঙজম, দা. চ. য়সোব্রন্ত নচীঙবা কয়ানসু অনৌবা মতমগী মীতয়েঙদা লাঈরীক অমদী ব্রারেঙ কয়া ঈ। হাঈরীবসীঙসীগা লোয়ননা মীয়ামগী ওয়বা সেমীনারনচীঙবা কয়াদা খন্ন-নৈনবা নত্রগা চেফোঙসীঙদসু লোনগী মরমদা ঈবা ব্রারেঙসু ফোঙঈ। মসীগী মথক্তা অখঙ-অহৈ কয়া, ওজা অমসুঙ সাত্রাসীঙনা রীসার্চ তৌদুনা মীতৈলোনগী মরমদা য়াম্না কুপ্না থীজীনরকলী। মতম খরগী মনুঙদা মীতৈলোনগী অসেঙবা মসক তাকপা ঙম্বা লাঈরীক/লোনমীত সোয়দনা থোরক্কনী হাঈনা খল্লী। অফবা লোনমীত পুথোকতুনা তমবা নত্রগা নৈনবা হাঈবসীনা লোনগী অসেঙবা মসক খঙবা / তাকপা ঙম্মী। মতাঙসীদা P.C. Chakravati না অসুম্না হায়রি – "The most important factor in the evolution of grammar, as a scientific and indispensable branch of study ................The peculiarities of language, specially when the older forms became obsolete and were consequently replaced by new words of spontaneous growth. Provided the basis upon which built the Scientific structure of grammar", The phillosophy of Sankrit Grammar. p. 16.

অসুম্না লোনমীতকী মরমদা তোঙান-তোঙানবা লোনমীতলোয়সীঙনা মানা-মানা নৈনরীবা লোন্দুগী মরমদা মত পীনৈ।

# লোন

লোন হাঙ্গবসী মীওঙ্গবগী পুক্নীঙনা নীঙবা, পাম্বা অমসুঙ তঙাঙ্গ ফদবা অদু ফঙন্নবা ব্রাহৈনা নতত্রগা খুদম ওঙ্গনা ফোঙদোকতুনা খঙনবা পাম্বে অমনী। লোনগা থব্রাঙ্গ পানবা জীবগা (মরুওঙ্গনা মীওঙ্গবগা) য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। লোনগী মতেঙনা মীওঙ্গবা খুনাঙ্গনা চাওখত লম্বী সেম্বা ঙম্মী। মীওঙ্গবা খুনাঙ্গ অসীদা লোন লৈরমদ্রবদী অমম্বা তাঙ্গবঙগী মসক ওঙ্গরমগদবনী।

মালেমদা লৈরীবা থব্রাঙ্গ পানবা জীবসীঙগী মনুঙদা মীওঙ্গবনা লোন য়াম্না থোকঙ্গ হাঙ্গবদী ঙাঙবা হৈ হাঙ্গদুনা চাওখতপা জীবনী হাঙ্গনা লৌনরীবনী। লোন অসী ঙাঙবা হৈতবা (লোন থোক্তবা) মীদী খুনাঙ্গদা সোয়নাঙ্গরবা মী অমা ওঙ্গনা লৌনৈ। অদুগা খরা হেন্না ঙাঙবা-সকপা হৈববু লোন হৈবা, লৈবাক মচা তাবা মীনী হাঙ্গনা ঈকাঙ্গ খুম্লে। মবম অসীনা মীওঙ্গবগী পুন্সীদা লোনগী থৌদাঙ য়াম্না চাওঙ্গ। অদুগা অতৈ-অতৈ জীবসীঙসু মাগী-মাগী মরোল অমসুঙ খুদম্না মখোয়-মখোয়গী অনীঙবা-অপাম্বদু ফোঙদোক্লবা হোতনৈ । অসুম্না লোন্না থব্রাঙ্গ পানবা জীবসীঙগী ঈখৌলাঙবা কোকহল্লী ।

মীওঙ্গবগী পুক্নীঙগী অনীঙবা অমসুঙ অপাম্বগী মতুঙঙ্গন্না ফোঙদোকলীবা লোন (ব্রাহৈ) অসী নতবা অতোপ্পা পাম্বে কয়াসু লৈ। মখোয়সীঙ অদুদী — ঙকহাঙ্গবা, খুতহাঙ্গবা, খতপা, তোঙান তোঙানবা মচু সীজন্নবা অসীনচীঙবনী। খুত হাঙ্গবা নত্রগা ঙকনোম্বা অসী লম

অমসুঙ মফমগী মতুঙঈন্না তোঙান-তোঙানবা অর্থদা লৌনৈ। মচুগী মতাঙদসু মীয়ামগী মোত খেন্নবা লৈ-হাঙ্গৈরীবসীগী মথক্তা তোঙান-তোঙানবা লম, জাতী অমসুঙ ধর্ম্মগী মতুঙ ঈন্না খুদমলোন (সীগনেল) অমসুঙ অর্থ লৌবদা মান্নদবা ময়াম অমসু লৈরী। খুদম ওয়না ঙল্লীগৈ মতমদা মীতৈ লৈবাক্তা লৈ, তুলসী মনা নত্ত্রগা ক্বানা ধর্ম্ম - কর্ম্মগী ওঙ্গবা থবকসীঙদা পাউ পীরম্মী অদুগা সা-লানগী ওয়বা পাউদনা মৈহুম মোরোক পুদুনা নীঙথৌগী মনাঙ্গনা সগোল তোঙদুনা লাওবা অসী চতনরম্মী। অসুম্না লোন অমগী ৱাহৈ নত্ত্রগা ৱাহৈগী মহুতা সীজন্নবা খুদম কয়া লম, জাতী অমসুঙ ধর্ম্মগী ওয়বা তোপ-তোপ্পা মসক/অর্থ লৈনৈ।

লোন অমগী মনুঙদসু - লম, জাতী. চহী অমসুঙ সীনফমগী মতুঙঈন্না খেন্নবা ৱাহৈ কয়া লৈ। অসীগুম্বা ৱাহৈ মান্নদবা ময়াম অসীনা মরম ওয়দুনা লোনগী খেন্নবা মসক লৈনৈ। মরমসীনা অকক্নবা লোন অমগী তোঙান-তোঙানবা মতম অমসুঙ মফমগী মতুঙঈন্না লোনমীতকীস অকক্নবা পান্দম অমসুঙ নৈনৱাখল থমনৈ। লোনসী মরুওঈনা মীতনা উবা অমসুঙ নাকোঙনা তাবা হাঈনা অনীথোক্না খাঈদোকপা য়াঈ । মীতনা উবদা সীম্বোল ( ময়েক, (খুদম) মচু - অঙাঙবা, অঙৌবা, অসঙবনচীঙবা) অদুগা অঈবদনা বানান অসী য়াম্না মৱু ওঈ । নাকোঙনা খোনজেন তায় । মওঙ অনীমক মীওঈবগী পুক্নীঙগী অনীঙবা অপাম্বা অদু ময়েক সেঙনা, লাপনা থাবা অমসুঙ মতম কুঈনা থম্বা য়ানবা / ঙম্নবা সীজন্নবা পাম্বেসীঙনী । হৌজীকতী খুদম ওইনা :- তেপ রেকোর্দর, ওদোভীজুয়েল অসীনচীঙবা সীজন্নরে।

# খোনথোক

খোনথোক হাঙ্গিবসী লোনগী যাম্না মবুওঙ্গিবা সবুক অমনী। খোনথোকসীংনা পুল্লগা বাহৈ, ৱাহৈপবেঙনচীঙবা সাঙ্গী। সম্না হাঙ্গিববদা লোন হাঙ্গিবসী খোনথোকসীংনা পুল্লগা সাগতপা মসক অমনী। খোনথোক য ওদনা লোন ওযবা ঙমদে । খুদম ওযনা :- লঙ যাওদনা ঙ্গী সংবা যাদবগম্বনী ।

অদুম ওযনমক লোন ঙমদা মসীং থীঙমদবা খোনথোক কযামবুম লৈ । হাঙ্গিবীবা খোনথোকসীং অদু লোন অদুদা লোযনা সীজন্নবদী নততে। খুদম ওযনা "ক" অসী মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা যাম্না মবুঙ্গিবা খোনথোক অমনী। মসী মী অমথকতনা হন্না-হন্না হাঙ্গিবা মতমদস খেন্নবা লৈগনী। হাঙ্গিবীবা খেন্নবা/মান্নদবা খোনথোকসীং অদু লৈদুনস "ক" অমতনী হাঙ্গিনা লৌগনী। অসুম্না অতৈ খোনথোক কযামবুম খোনথোক অমথকতগী মান্নদবা মফম - মতম নত্রগা মী, চহী অমসুঙ সীনফমগা মতুঙ ঈন্না খেন্নবা / মান্নদবনী হাঙ্গিনা লৌগনী।

মথক্কা ঈবীবা/পীবীবা অসীদগী খঙলে, লোন অমগী ওযনা অকক্লবা খোনথোক খব লৈফম থোকঈ হাঙ্গিনা। লোন খুদীঙমক লম-লমগী নত্রগা মী-মীগী ভোকেল ওবগান খেন্নবগী মতুঙঈন্না খোনথোক অমসুঙ খোলহাঙ্গিদা খেন্নবা লৈ । খুদম ওযনা :- ককচীং, ফৈযেং, সেকমাঈ, অন্দ্রো, লৈম্রামনচীঙবা মফমসীঙদা ঙাঙনবীবা লোন/ ৱাহৈসীঙগী খোঙ্গোকসীঙগা যাম্না খেন্নে ।

মরম অসীনা হৌজীক মীতৈলোনগী অরীবা/অনৌবা ৱাহৈসীঙদা ফঙবা/লৈবা অকক্লবা খোনথোকসীঙ অদু মখাদা পীরী:-

| | | | |
|---|---|---|---|
| অ | ক | স | ল |
| আ | ম | প | ন |
| ঈ | চ | ত | খ |
| উ | ঙ | থ | ৱ |
| এ | য় | হ | ফ |
| ঐ | গ | জ | দ |
| ও | ব | র | ঘ |
| ঔ | ঝ | ধ | ভ |

(...৩২)

মথক্তা ঈরীবা খুদম (ময়েক) ৩২ (কুনথ্রানীথোঈ) অসী অমুক হন্না মখল অনী থোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ :-

(১) নীঙসা ময়েক (স্বর) - (খোনথোক)

(২) হক ময়েক (বেনজন) (খোনথোক)

**(১) নীঙসা ময়েক :-** নীঙসা ময়েক্ (স্বর) ময়েক হাঈবদী হাঈদোকপা/ঙাঙথোকপা মতমদা থবোমবীদগী নীঙসা স্বর হোনদোকপদা অথীঙবা য়াওদনা থোরকপা ঙম্বা খোনথোক অদুবু খঙনৈ। মীতৈলোনদা লৈবা/ফঙবা নীঙসা (স্বর) খোনথোক সীঙদু মখাদা পীরী :-

অ + ০ = অ    খোনথোক

অ + অ = আ    ”

ই + ই = ঈ    ”

উ + ০ = উ    ”

অ + উ = ও    ”

আ + উ = ঔ    ”

অ + ই = এ    ”

অ + ই = ঐ    ”    = ৮

মথক্তা পীবীবা নীঙসা স্বরগী খোনথোক নীপালসীগী মহুতা (বাঙলা মযেকসী নত্তুবা) অতোপ্পা ময়েক্লা ঈবসু যাঈ। মতাঙসীদদী বাঙলা মযেক্লা খবা হেন্না খুতলোযগদ্রা খনদুনা বাঙলা মযেক্তা ওযনা পীজবনী।

মীতৈলোনদা নীঙসা খোনথোক নীপাল (৬+২) = লৈ। হাঈবীবা খোনথোকসীঙগী মহুতসীনবা খুদম (মযেক) অমা হেক্তা ঈবা/সীজন্নবা যাঈ হাঈবা মথক্তা পনখ্রে।

**(২) হক খোনথোক** - মীতৈলোন্দা হক খোনথোক কুনমবী লৈ। মখোযসী কাঙলুপ অহুম থোক্লা খাঈদোকপা যাঈ :-

(অ) - অবীবা খোনথোক    (Indegenous Phoneme)

(আ) - পোকলকপা খোনথোক    ( Derivational ” )

(ঈ) - চঙলকপা খোনথোক    ( Loan ” )

**(অ) - অরীবা খোনথোক :-** অরীবা খোনথোক হাঙ্গরীবসী মীতৈলোনগী অরীবা ৱাহৈ পুকৈদা য়াওরীবা খোনথোকসীঙ অসীবুনী। মীতৈলোন্দা লৈরীবা/ফঙলীবা অরীবা খোনথোকসীঙ মখাদা পীরী :-

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| অ | আ | ঈ | উ | ও | এ | |
| ক | স | ল | ম | প | ন | চ |
| ত | থ | ঙ | থ | ৱ | য় | হ |
| ফ | = ৬ + ১৫ = ২১ | | | | | |

মথক্তা পীরীবা খোনথোক ৬ + ১৫ = ২১ অসীনা অরীবা মতমদা ঙাঙনবা ৱাহৈসীঙগী মসক তাকঈ। খুদম :-

হাঙ্গচপা, চাচপা, খঙপা, য়ালপতী, খঙপতা, লাঙ্গচা, নমু, কুমতম, তাওপা, নম, ৱাঙ্গ অসীনচীঙবা।

**(আ) পোক্লকপা খোনথোক :-** মতাঙসীদা পোক্লকপা খোনথোক ওঈনা সীজন্নবা ময়েকসীঙ অদুদী :-

এ + ঈ = ঐ   আ + ও = ঔ

ক > গ,   ল > র

প > ব,   চ > জ

ত > দ,   = (৭)

মথক্তা পীরীবা অনৌবা খোনথোক/ময়েক ৭ অসী সীজন্নবনা/ঈনবনা অনৌবা মীতৈলোনগী মসক তাকঈ।

| অরীবা ৱাহৈ | অনৌবা ৱাহৈ |
|---|---|
| হাঙ্গকনী | হাঙ্গগনী |
| হাঙ্গচনী | হাঙ্গজনী |
| তাকনী | তাগনী অসীনচীঙবা। |

(ঈ) চঙলকপা খোনথোক :- মতাঙসীদা চঙলকপা খোনথোক হাঈবীবসী অতোপ্পা লোন্দগী লাকপা ৱাহৈসীঙ ঈবদা য়াওবা/সীজন্নবা খোনথোক (মযেক) অদুবুনী।

খুদম :- ঘ, ঝ, ধ, ভ = (৪)

মখোয়গী সীজন্নফম :- ঘরী, ঘতনা, ঘত-চফু, ধুপ, ঝান, ঝরুর, ঝোল, ভক্ত, ভক্তী, ভারত অসীনচীঙবা।

মথক্তা ঈরীবা খুদমসীঙ (ৱাহৈসীঙ) অসী মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা য়াম্না তোয়না সীজন্নবা ৱাহৈ ওঈনা য়াওঈ, হাঈবদী মীতৈলোনগুম্না ঈনৈ/ঙাঙনৈ। মরম অসীনা হাঈরীবা ৱাহৈসীঙসী ঈবদা/ঙাঙবদা য়াওবীবা খোনথোকসীঙ অসী মীতৈলোনগী ওয়না "চঙলকপা খোনথোক" হাঈনা লৌদবা য়াদবনী/লৌগনী। মখোয়সীঙ অসী চঙকপা খোন্থোক ওঈরবসু মীতৈলোন্দা য়াম্না মরুওয়বা থৌদোকসীঙদা সীজন্নে।

# ৱাহৈ

ৱাহৈ হাঙ্গৈবসী খোনথোক (ময়েক) অমা নত্রগা অমদগী হেনবা খবনা পুনসন্নবগা মপৃঙ ফাবা অর্থ থোকহনবা ঙম্বা খোনহায় অদুবু খঙৈনে।

**খুদম :-**

(১) খোনথোক অমগী ৱাহৈ :-

ঈ = হকচাঙগী ঈ (blood)

ঈ = য়ুম কুপনবা ঈ (Thatch)

উ = উ পাম্বী

উ = লৌ উ

ঐ - মীঙগী মহুত্তা সীজন্নবা ৱাহৈ অসীনচীঙবা।

(২) খোনথোক অনীগী ৱাহৈ :-

লৈ - অসাতপা লৈ (flower)

" - মীগী লৈ (Tongue)

কৈ - কোত(ফৌ হাপফম)

" - সা মখল অমা (Tiger)

হৈ - চান্নবা হৈ (Fruit)

" - খুত সা হৈ

তৈ - খাঙ মখল অমা

" - ৱাঙ্গী তৈবা অসীনচীঙবা।

(৩) খোনথোক অহুমগী ৱাহৈ :-

চাক- চানবা চাক

থাক- পোত থমফম

ফান- ফমফম ফান

অসীনচীঙবা।

অসুম্না ৱাহৈ অমদা খোনথোক (ময়েক) ১ দগী ১৪/১৫ ফাওবনা সাবা ৱাহৈ (লোনসীঙ) মীতৈলোন্দা সীজন্নে।

**খুদম :-**

(৪) খোনথোক ১৪/১৫ না সাবা ৱাহৈ :-

লাঈরীকসীঙদুদীনে

পারমলকলবদীকো

চারমলকলবদীকো

চতথরকলমলবদীকো

অসীনচীঙবা।

**মথক্তা পীরীবা খুদমসীঙ অসীদগী খঙলে, মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা য়াওরীবা/লৈরীবা ৱাহৈসীঙসী খোনথোক অমদগী তরামরী - মঙা ফাওবনা সাঈ। অদুগা মসীনা (তরামরী-মঙা) লোয়রে হাঈবগী ৱাসু নততে। লোনসীবু ঙাঙলীবা/ঈরীবা মীদুগী হৈ-সীঙবা অমসুঙ খঙবগী মখাপোন্না মীতৈলোনগী ৱাহৈ চাওনা অমসুঙ ৱাহৈ পরেঙ সাঙনা ঙাঙবা নত্রগা ঈবসু য়াঈ।**

**খঙগদবা :-** মীতৈলোনগী ওয়বা ৱাহৈসীঙগী মনুঙদা চাওনা সেম্বা য়াবা ৱাহৈ (অচৌবা ৱাহৈ) অসী অয়াম্বনা থৌতাক (Verb) ওঈ।

## ৱাহৈগী মখল(১) :-

মীতৈলোন্দা সীজন্নরীবা ৱাহৈসীঙসী (ৱাহৈপুকৈদা লৈরীবা

ব্রাহৈসীঙ) অহানবদা মখাগী অসুম্না মখল খাঈদোকপা য়াঈ।

(ক) অর্থ চেনবা ব্রাহৈ

(খ) অর্থ চেনদবা/য়াওদবা ব্রাহৈ

**(ক) অর্থ চেনবা ব্রাহৈ :-** অর্থ চেনবা ব্রাহৈসীঙদী মসাগী অর্থ অমা নত্রগা অমদগী হেনবা অর্থ লৈ। খুদম :-

| | | |
|---|---|---|
| চাবা | = | চাক চাবা, |
| ” | = | ঙা চাবা |
| ” | = | ফী চাবা, |
| ” | = | উচন চাবা |

অসীনচীঙবা।

| | | |
|---|---|---|
| পাবা | = | লাঈরীক পাবা, |
| ” | = | ফী পাবা, |
| ” | = | অপোকপা পাবা |

অসীনচীঙবা।

| | | |
|---|---|---|
| কাবা | = | উ কাবা, |
| ” | = | ঙা কাবা, |
| ” | = | উচন কাবা |

অসীনচীঙবা।

**(খ) অর্থ চেন্দবা/য়াওদবা ব্রাহৈ :-** অর্থ চেন্দবা ব্রাহৈসীঙ অসীসু লোন খুদীঙমক্তা লৈনৈ। মীতৈলোনগী ব্রাহৈ পুকৈদসু অর্থ চেন্দবা ব্রাহৈ য়াম্না লৈ।

**খুদম :-** অতীয়া, মাঈসীঙ (ঈসীঙ-মাঈসীঙ), রোন (ফী-রোন), অম্ব্রাপুর, পতাল, নোরোক অসীনচীঙবা।

**খণ্ডগদবা :-** ৱাহৈ অমগী অর্থ হায়বসী মীওঈ কাঙলুপ অমনা খঙনবা/য়ানবা পোতসক অদুনী। হায়বদী কনসেপনী। মসীগী চপ চাবা ৱাহন (অর্থ) লৈতে।

**ৱাহৈ মখল (২)** মীতৈলোনগী ৱাহৈসীঙ অসী সীজন্নবগী মতুঙ ঈন্না মখাগী অসুম্নসু খায়দোকপা য়াঈ :-




**ৱারু (Root) :-** ৱাহৈ অমগী মনুঙদা খাঈদোকপা য়াবা মখৈ খাঈদোকখ্রগা লেমহৌবা মসক অদুবু "ৱারু"(Root) কৌঈ।

**খুদম :-**

উ + O = উ

চা + O = চা

না + O = না

সা + O = সা

ঙা + O = ঙা

অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীরীবা ৱারু (root) অসীবু অমুক হন্না মখল অনীথোক্না খায়দোকপা য়াঈ:-

(ক) নীঙতম ৱারু (Free Root) অমসুঙ

(খ) অপুনবা ৱারু (Bound Root)

**নীঙতম ৱারু** :- মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা লৈরীবা মীঙসক খঙনবা ৱাহৈসীঙসী নীঙতম ৱারু (Free Root) ঙাক্তনী। **খুদম :-**

লাঈরীক, ঈসীঙ, মী, উ, ঙা, সা, উচেক, সন অসীনচীঙবা।

**অপুনবা ৱারু** :- মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা য়াওরীবা তৌবা ওঈবা খঙনবা ৱাহৈসীগী মনুঙদগী খাঈদোকপা / খাঈদোকখ্রগা লেমহৌবা সৱুকতুবু " অপুন ৱারু" (Bound root) কৌঈ। খুদম :-

| ৱারু | | ৱাতপ | | ৱাহৈ |
|---|---|---|---|---|
| ঈ | + | বা | = | ঈবা |
| পা | + | বা | = | পাবা |
| চা | + | য় | = | চায় |
| চত | + | লী | = | চতলী |

অসীনচীঙবা ।

**ৱাতপ** :- ৱারুদা তপলীবা সৱুক অসীবু ৱাতপ হায়না খঙনৈ। সম্না হাঈরবদা ৱারু অমগী অর্থ থোকহনবা / হোঙহনবা ঙম্বা ৱাহৈ মচেত অদুবু ৱাতপ কৌঈ। খুদম :-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| মা | + | হাক | = | মহাক |
| নঙ | + | হাক | = | নহাক |
| মা | + | খোয় | = | মখোয় |
| নঙ | + | খোয় | = | নখোয় |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা** :- মথক্কী খুদমসীঙগী অহানবা পরেঙদা লৈরীবা ৱারুসীঙ অসীদা য়াওরীবা " া " অমসুঙ " ঙ " অসী ৱাতপ তপসীল্লকপা মতমদা মাঙখী / লৌথোকঈ।

**ব্রাতপ মখল :-** ব্রাপত হাঙ্গবসী মখল অহুম সুঙ্গ। মদুদী :-

(ক) মাঙ ব্রাতপ (Prefix)

(খ) ময়াঙ্গ ব্রাতপ (Infix)

(গ) তুঙ ব্রাতপ (suffixes)

**(ক) মাঙ ব্রাতপ** (Prefix) **:- ব্রাহৈগী নত্রগা ব্রারুগী মাঙদা তপ্পা লাকপা ব্রাতপ অদুবু মাঙ ব্রাতপ (Prefix) হাঙ্গনা খঙনৈ। খুদম :-**

অ + চাবা = অচাবা

অ + ঈবা = অঈবা

ত + য়াঙবা = তয়াঙবা

ম + থৌ = মথৌ

ম + পা = মপা

অসীনচীঙবা।

**(খ) ময়াঙ্গ ব্রাতপ** (Infix) :- ময়াঙ্গ ব্রাতপ হাঙ্গবসীনা বুতকী ময়াঙ্গদা তপ্পা ব্রাতপ অদুনী। হাঙ্গরীবা ময়াঙ্গ ব্রাতপ অসী ভারতকী হৌজীক ঙাঙনরীবা লোনসীঙদা লৈতে / ফঙদে হাঙ্গনা অখঙ অহৈসীঙনা মত পীনৈ। মীতৈলোন্দসু হাঙ্গরীবা ময়াঙ্গ ব্রাতপ অসী তপ্পা য়াবা ব্রাহৈ/বুত লৈতে।

**(গ) তুঙ ব্রাতপ** (suffixes) :- ব্রাহৈ/ব্রারুগী তুঙদা তপ্পা ব্রাতপ অদুবু তুঙ ব্রাতপ কৌঈ। মীতৈলোন্দ তুঙ ব্রাতপ য়াম্না লৈ।
সম্না হাঙ্গরবদা মীতৈলোনগী ফজবা, থোত-নৌবগী মসক অসী তুঙব্রাতপতা লৈ হাঙ্গবা যাঙ্গ। **খুদম :-**

| | |
|---|---|
| লাঙ্গরীক + সীঙ = লাঙ্গরীকসীঙ | চা+ দে = চাদে |
| ঙা + সীঙ = ঙাসীঙ | পা+ দে = পাদে |
| মা + হাক = মহাক | ওয+ দে = ওয়দে |
| মা + খোয় = মখোয | লাক+ তে = লাকতে |

চা + বা = চাবা

পা + বা = পাবা

অসীনচীঙবা।

মীতৈলোন্দ তুঙ ৱাতপ অসী য়াম্না মরাঙ কাঈনা লৈ অদুগা মখোয়না তপসনবগী মওঙসু তোঙান-তোঙান লৈ। তপসনবগী মফম অমসুঙ মওঙগী মতুঙঈন্না অমুক হন্না মখাগী অসুম্না মখল খাঈদোকপা য়াঈ :-

(অ) মীঙতাকতা তপ্পা

(আ) মীঙহুততা তপ্পা

(ঈ) থৌতাকতা তপ্পা

**(অ) মীঙতাকতা তপ্পা :**- মীঙসক্কী (Noun) ওঈবা ৱাহৈসীঙগী তুঙদা তপ্পা ৱাতপ খরা মীতৈলোন্দা লৈ। মখোয়সীঙ অদুদী :-

সীঙ, সা, ময়াম অসীনচীঙবা ।

মখোয়গী সীজীন্নফম :-

| | | |
|---|---|---|
| লায়রীক + সীঙ | = | লায়রীকসীঙ |
| অঙাঙ + সা | = | অঙাঙসা |
| মী + ময়াম | = | মীয়াম |

অসীনচীঙবা।

**(আ) মীঙহুতা তপ্পা :**- মীঙহুতকী(Pronoun)ওঈবা ৱাহৈসীঙদসু তুঙ ৱাতপ অসী তপ্পুনা সীজীন্নৈ। খুদম :-

| | | |
|---|---|---|
| ঐ + হাক | = | ঐহাক |
| নঙ + হাক | = | নহাক |
| মা + হাক | = | মহাক |
| মা + খোয় | = | মখোয় |

ঐ + খোয় = ঐখোয়

নও + খোয় = নখোয়

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা** :- (১) মীতৈলোন্দা লৈবা মীঙহুতকী ৱাহৈদা তোঙান-তোঙানবা মসীঙ (অমা অমসুঙ ময়াম সীঙতাক) খঙহন্নবা ৱাতপ তপ্পুনা সীজনবসী অতৈ লোন্দগী তোঙানবা মসক অমনি ।

(২) মীতৈলোনগী থোয়দোকপা সাজত (Nature) অসী অতৈ লোনগা মান্নদবা মসক খরা মথক্কী খুদমসীঙ অসীদা উবা ফঙঈ। মথঙসীতনা ঐ, নও অমসুঙ মা হাঙ্গবা মীঙহুত ৱাহৈসীঙ অসীদা মথঙসীতনা অমা সীনতাক (Singular Sign) অমসুঙ ময়াম সীঙতাক (Plural Sign) তপ্পী। মথক্কী খুদমসীঙসী য়েঙঙু।

(৩) মীতৈলোনগী মীঙহুতকী ওয়বা ময়াম সীঙতাক ৱাহৈসীঙদা অমুক হন্না ময়াম খঙনবা ৱাহৈ হাপচিল্লগা সীজন্নে। খুদম :-

ঐ + খোয় = ঐখোয় + ময়াম = ঐখোয়ময়াম

ঐ + খোয় = ঐখোয় + সীঙ = ঐখোয়সীঙ

ঐ + খোয় = ঐখোয় + পুম্নমক = ঐখোয়পুম্নমক

অসীনচীঙবা।

**(ঈ) থৌতাকতা তপ্পা :-** মীতৈলোনগী থৌতাক খঙনবা ৱাহৈসীঙদা তোঙান-তোঙানবা মতম (Tense) খঙনবা তুঙ ৱাতপ তপ্পী। খুদম :-

(ক) চা + ঈ = চাঈ (Eat)

(খ) চত + লী = চতলী (go, goes, going)

(গ) পা + রক+ ঈ = পাবকঈ (have been readıng)

(গ) পা + রক+ লী = পারকলী (have been readıng)

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** মথক্কী খুদমসীঙ অসীদা তৌবা ওঈবা খঙনবা ব্রাবুদা তোঙান-তোঙানবা মতম খঙহনবা ব্রাতপসীঙ তপসীন্দুনা ঈবগী মওঙ খরা উতপ্রে। অসুম্না মীতৈলোনগী তৌবা ওয়বা খঙনবা (Verbal word) ব্রাহৈসীঙদা /ব্রাবুসীঙদা তোঙান-তোঙনবা ব্রাতপ তপসীন্দুনা ঙাঙবা ঈবা অসী চতনৈ। খুদম :-

# + রী + ঙৈ = ঈরীঙৈ
উ + দ্রী + ব্রা = উদ্রীব্রা
ঈন + খত + পা = ঈনখতপা

অসীনচীঙবা।

অসুম্না মীতৈলোনগী তৌবা/ওঈবা খঙনবা ব্রাহৈ/ব্রাবুসীঙদা তোঙান-তোঙানবা মতম খঙনবা ব্রাতপ, থৌগনলোন খঙনবা ব্রাতপ, পোতকী মসক তাকপা ব্রাতপ অসীনচীঙবা তপতুনা মীতৈলোনগী ফজবা মসক থোকহল্লী /হেনগতহল্লী। খুদম :-

ঈ + রম্মী = ঈরম্মী
ঈ + জ + রম্মী = ঈজরম্মী
ঈ + নৌ = ঈনৌ (ঈসীঙ ঈনৌ)
ঈ + রী = ঈরী (ঈসীঙ ঈরী)

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** মীতৈলোনগী তুঙ ব্রাতপ অসীনা করীগুম্বা তৌবা ওঈবা খঙনবা ব্রাহৈ/ব্রাবু অমদা অসুম মথঙ-মথঙ তপতুনা ঈবসী তোঙান-ët ãRã ¤ã ³t¡³ (Tense), থৌওঙ (Mood/Aspect) খঙনবা ব্রাতপ তপসীন্নবা য়াঈ। খুদম :-

চা + ঈ = চাঈ (P. Ind.)
চা + রী = চারী (P. continuos)
চা + খ্রে = চাখ্রে (P perfect)

চা + রম্মী = চারম্মী (Past Ind.)

চা + রম + লী = চারমলী (P. cont.)

চত + লম + লে = চতলমলে (P. perfect)

চা + নী = চানী (F. Ind.)

চা + গ + নী = চাগনী (F. perfect.)

চত + ক + নী = চতকনী (F. perfect.)

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা** :- ৱাহৈ/ৱারু অমদা তোঙান-তোঙানবা মতম হৌজীক তম, হৌখতম/হৌতম, লাকতমনচীঙবা মথঙ-মথঙ ৱাহৈ/ৱারু অমদা তপসীনবা য়াঈ। খুদম :-

ঈ + রম + গ + নী = ঈরমগনী

উ + ঈ + রম + গ + নী = উঈরমগনী

ওঈ + রম + গ + নী = ওঈরমগনী

চত + লম + ল+ গ + নী = চতলমলগনী

অসীনচীঙবা।

মথক্তা ঈরীবা ৱাফমসীঙ অসীদা নতনা থৌতাক ৱাহৈ/ৱারু অমদ তোঙান-তোঙানবা লোনমীতকী মসকসীঙ তপসীন্দুনা সীজন্নব চতনৈ। খুদম :-

| | | |
|---|---|---|
| wapà+ সীঙ | = | চাবসীঙ |
| ঈ + হল্লী | = | ঈহল্লী |
| পা + গনু | = | পাগনু |
| šà+ বু | = | পা বু |
| চত + লু | = | চতলু |

অসীনচীঙবা

## ৱাহৈগী মখল (৩) (Parts of Speech)

মীতৈলোন্দা সীজন্নরীবা / ৱাহৈ পুকৈদা য়াওরীবা ৱাহৈসীংসী মসক (Form) অমসুঙ মথৌ (Function) গী মতুঙ ইন্না মখাগী অসুম্না খাইদোক্লী :–

১। মীংতাক (Noun)
২। মীংহুত (Pronoun)
৩। থোংতাক (Adjective)
৪। থৌতাক (Verb)
৫। মরক-ৱা (Indeclinable)
৬। ঙক-ৱা (Interjection)

**মথক্তা পীরীবা ৱাহৈ মখল তরুক অসী অমুক হন্না মখাদা নৈনরী:-**

১। **মীংতাক :-** করীগুম্বা ৱাহৈ অমনা মীং খংহনলবদী মদুবু মীংতাক (Noun) কৌঈ । খুদম :-

লাইরীক, কলম, কলেজ, লম্বী, পাত, তুরেন, চীং, য়ুম, উ, ৱা অসীনচীংবা ।

২। **মীংহুত :-** মীংতাক্কী মহুত সীনদুনা সীজন্নবা ৱাহৈ অদুবু মীংহুত (Pronoun) কৌই । খুদম :-

ঐহাক, মখোয়, মদু, ময়াম, করী, কনা, কদাইদা, কবম্বা অসীনচীংবা ।

**খংগদবা (১) :-** মীতৈলোন্দা মীংহুত খংনবা ৱাহৈ (মীংহুত ৱা) য়াম্না লৈতে । অদুবু মসীনা লৌরীবা থৌদাংদী য়াম্না চাউঈ । মীং অমবু হন্না - হন্না হাইবগী মহুত্তা মীংহুত ৱা সীজন্নদুনা লোনগী ফজবা অমসুং ঈকোনোমী ওয়বা হেনহল্লী ।

**খঙগদবা (২) :-** মীতৈলোনগী মী খঙনবা (মীঙহূত) ব্রাহৈ সীঙদা অমা সীঙতাক (Singular Number ) অমসুঙ ময়াম সীঙতাক (Plural Number) খঙনবা ব্রাতপ তপলগা ঙাঙবা /ঈবা চত্তনৈ ।

**খুদম :-**

| **অমা সীঙতাক** (Singular Number) | **ময়াম সীঙতাক** (Plural Number) |
|---|---|
| ঐ + হাক = ঐহাক | ঐ + খোয় = ঐখোয় |
| নঙ + হাক = নহাক | নঙ + খোয় = নখোয় |
| মা + হাক = মহাক | মা + খোয় = মখোয় |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা (৩) :-** মীতৈলোন্দা লৈরীবা ময়াম সীঙতাক খঙনবা ব্রাহৈসীঙদা ময়াম খঙনবা ব্রাতপ অমদগী হেন্না তপ্লসু য়াঈ । খুদম :-

ঐ + খোয় + ময়াম = ঐখোয়ময়াম

ঐ + খোয় + ময়াম + সীঙ = ঐখোয়ময়ামসীঙ

ঐ + খোয় + ময়াম + পুম্নমক = ঐখোয়ময়ামপুম্নমক

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা (৪) :-** মীহূত ব্রাহৈদা তপলীবা " হাক ~ খোয়" অসী মীওয়বা খকক্তা সীজন্নৈ । মীওয়বা নত্তবা অতৈ জীব অমসুঙ পোতসীঙদদী সীঙ, ময়ামনচীঙবা ব্রাতপ তপ্পী । খুদম :-

ঙা + সীঙ = ঙাসীঙ

উচেক + ময়াম = উচেকময়াম

সন + ময়াম + সীঙ = সনময়ামসীঙ

অসীনচীঙবা ।

৩।  **থোয়ন্তাক :-** ৱাহৈ অমগী মগুন ফোঙদোকপা ৱাহৈ অদুবু থোয়ন্তাক (Adjective) কৌঈ। খুদম :-

**ফজবা, তপনা, কন্না, ঈঙনা, য়াম্না, য়ামদনা, খরা**

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা (১) :-** মীতৈলোন্দা থোয়ন্তাক (Adjective) অসী করী-করীগুম্বা মতমদা থৌতাক (Verb) কা পুন্না লৈ। খুদম :-

**মহাক ৱাঙঈ - (ৱাঙবা + ওঈ)**

**অনীতা মপুক ফৈ - (ফবা + ওঈ)**

**চাউবা কল্লী - (কনবা + ওঈ)**

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা (২) :-** মীতৈলোন্দা থোয়ন্তাক (Adjective) ৱাহৈগী "পা ~ বা" তপ্পা সীজন্নৈ। মসীনা থোয়ন্তাক ৱাহৈ ওয়বদগী ওয়দবা মীঙতাক (Noun) ৱাহৈ ওয়। খুদম :-

ফজবা, পীকপা, চাওবা, কনবা, সোনবা, লাঈরবা, ঈনাকখুনবা, সকহেনবা, লঙবা, থৌবা

অসীনচীঙবা ।

৪।  **থৌতাক :-** ৱাহৈ অমনা তৌবা ওয়বা খঙনবা অদুবু থৌতাক (Verb) কৌঈ। খুদম :-

চাঈ, পাঈ, থাঈ, লাঈ, চতলী

চেনল্লী, ফৈ, লৈ, তৈ, কাওঈ

তাওঈ, সোল্লী, তল্লী

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** তপ্না-তপ্না চেল্লু, ফজনা সান্নৌ হাঙ্গবসীদা তপ্না-তপ্না অমসুং ফজনা হাঙ্গবা ৱাহৈসীঙ অসী চতপা অসীনা সান্নবগী মগুন/চাঙ তাকঈ । মবমসীনা মখোযগী থোঙ্গতাক (Adjective) ওঈনা লৌঈ। মসীবু কনাগুম্বনা Adverb নী হাযনা হায ।

৫। **মরক ৱা :-** মীতৈলোনগী ৱাহৈ অমনা ৱাহৈপরেঙ নত্ত্রগা ৱাহৈ অমগা-অমগা তাঙ্গনহনবা/পুনহনবা ৱাহৈ অদুবু মরক ৱা (Indeclinable) কৌঈ । **খুদম :-**

অমসুঙ, অমদী, নত্ত্রগা, মখা, মথক,
অদুগুম্বা, মদুদী, মবম

অসীনচীঙবা ।

মখোয়সীঙসী ৱাহৈ পবেঙদা সীজন্নবগী মওঙ :-
চাউবা নত্ত্রগা বাম লাকউ ।
লতা অমসুঙ বাধা চতলী ।
তেবলগী মথক্তা লাঙ্গবীক লৈ ।

অসীনচীঙবা ।

৬। **ঙক ৱা :-** করীগুম্বা পোত অমা উবদা নত্ত্রগা তাবদা পুক্নীঙদা ফাওবা - অঙকপা, হরাউবা, অৱাবনচীঙবা খঙনবা ৱাহৈ অদুবু ঙকৱা (Interjection) কৌঈ । খুদম :-

বাঃ, অচাঃ, অস/ঈস ঃ, আঃ, ওহো ঃ

অসীনচীঙবা ।

মখোয়সীঙসী ৱাহৈ পবেঙদা সীজন্নবগী মওঙ :-
বাঃ মসী ফজৈদা !
অচাঃ তুক্কচৈদা !
ওহোঃ মহাক পোরে !

অসীনচীঙবা ।

# ৱাহৈপরেঙ (Syntax)

ৱাহৈপরেঙ হায়বসী পুক্নীঙগী অপাম্বা অদু মপুঙফানা ফোঙদোকপা ৱাহৈ কাঙলুপ অদুবু খঙনৈ। ৱাহৈপরেঙ অমদা ৱাহৈসীঙ মথঙ মনাও নাঈনা থম্মী। খুদম :-

গোপাল মতম চানা স্কুল চতলী ।

মহাক নুমীত খুদীঙগী লাঈরীক পাঈ।

চাউবগী ময়াম্বা অনী লৈ।

থোয়বা চতলী।

অসীনচীঙবা।

মথক্কী ৱাহৈপরেঙসীঙদা সবজেক (Subject), ওবজেক (Object) অমসুঙ ভর্ব (Verb) (S.O.V. ) মথঙ মনাও নাঈনা লৈ। মীতৈলোনগী ৱাহৈপরেঙগী মসক অসী হাঈরীবা S.O.V. (Subject, Object, Verb) অসীনী। S+O+V = Sentence.

লোন অমা নৈনবদা নত্রগা লোনমীত অমদা ৱাহৈপরেঙগী মতাঙ অসী তঙাঈ ফদনা নৈনদবা য়াদে, হায়বদী সোয়দনা নৈনগদবনী। লোনগী মসক তাকপদা ৱাহৈ পরেঙনা অচৌবা থৌদাঙ লৌঈ। অদুবু মথক্তা পীব্রীবা ৱাতাক (Definition) অসীদা হাঈরীবা ৱাহৈপরেঙ অমনা পুক্নীঙগী অনীঙবা অপাম্বা অদু মপুঙ ফানা ফোঙদোকঈ, - হাঈবা ৱাফম অসীবুদী হৌজীক-হৌজীক্কী লোন নৈনরোয়সীঙনা য়াদে। মরমদী মীওয়বগী পুক্নী অসীমকসু মপুঙ ফাবা মসক অমা ওয়দে। মরম অদুনা ৱাহৈ খরা পুনসন্নরগা ৱাফম অমা ফোঙদোকপা অসীবু পুক্নীঙগী অনীঙবা অপাম্বা অদু লোয়না ফোঙদোকঈ হাঈবা য়াদে। অদুম ওয়নমক ঐখোয় মীওয়বগী নোঙমগী ওয়বা পুক্নীদা - ৱাহৈ অমা নত্রগা অমদগী হেনবনা সেম্বা/ওয়বা ৱাহৈপরেঙ কয়া সীজন্নে/ঙাঙঈ।

লোনমীত (Grammar) অমগী অখন্নবা পান্দমদী লোনগী মরমদা অচুম-অরান তাকপনী। মসীগী মনুঙদা ৱাহৈ পরেঙ অসী য়াম্না মরু ওঈবা তাঙ্কক অমনী। ৱাহৈ-পরেঙ অমদা ভারতকী মীতয়েঙগী মতুঙঈন্না অকাঙখ্যা (অপাম্বা), য়োগ্যতা (মতাঙ/মফম চাবা) অমসুঙ ক্রম (মথঙ মনাও) ওয়গদবনী। অদুগা নোঙচুপকী মীতয়েঙদনা সবজেক (Subject) অমসুঙ প্রদীকেত (Predicate) য়াওগদবনী হাঈনরীবা ৱাফমসী চানদবা য়াওঈ।

**খুদম :-** মহাক কদাঈদা চতলীবনো ? হাঈনা হঙবসীগী পাওখুম ওয়না "বাজার" হাঈনা খুম্মী। মতাঙসীদা মথক্তা হাঈথ্রীবা অপাম্বা অমসুঙ মথঙ-মনাও নাঈবা নত্রগা সবজেক (Subject) অমসুঙ প্রেদীকেতকী (Predicate) ৱাফম য়াওদে। অসুম্না দ্রমাদা নত্রগা ৱারী ৱাতাঈ সান্নবা মতমদা - 'য়াঈ, য়াদে' (Yes-No) গী ওয়বা মসক কয়া অমসু উবা ফঙঈ। মখোয় অসীবু মতাঙগী মতুঙ ঈন্না ৱাহৈপরেঙ অমম্মমনী হাঈনা লৌনৈ। অদুবু লোনমীত অমদা অখন্নবা লোন অমগী চতনরীবা মওঙ অদুগী মতুঙঈন্না লৈরীবা ৱাহৈগী ফীভম (Position) অমসুঙ মথৌ (Function) অদু তঙাঈ ফদনা নৈনদবা নত্রগা তাকতবা য়াদে। হাঈবদী লোনমীতলোন অদু মপুঙ ফাদে হাঈনা লৌনৈ। মরমসীনা মত মান্নদবা কয়া লৈরবসু অঙম্বা মওঙদা নত্রগা মতাঙগা চান্নবা য়েঙদুনা ৱাহৈ পরেঙগী ৱাফম খরদী সোয়দনা নৈনৈ। মরমসীনা মতাঙ অসীদসু মীতৈলোদা ঙাঙনরীবা অমদী ঈনরীবা মওঙ অসী সমলপ্পা মসক অমা তাকনবা হোতনরী।

মীতৈলোন অসী অরীবা লোননী । মরমসীনা মসীগী ৱাহৈ পুক্কৈ, ৱাহৈ-পরেঙ অমসুঙ ৱাহৈগী অর্থদা অহোঙবা য়াম্না লাকলে। মতাঙ অসীদা ৱাহৈপরেঙগী থাক্তা লাকপা অহোঙবদু খরদঙ সুপচন্না তাকনবা হোতনরী ।

চাউবগা থোয়বগা চতলী।
সঙগাঈগা লোয়দাঙগা পুন্না লৈ।
মঙলেমগা অহনবগা মচীন-মনাওনী।
তোম্বে য়ুমনী।
তাদৈ অপাম্বা করীনো ?

অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীরীবা ৱাহৈ পরেঙসীঙ অসী অরীবা মতমগী মওঙনী। মসী হৌজীক ঈনরীবা অমদী ঙাঙনরীবা মওঙদা ঈবা তারবদী অসুম্না ওঈগনী।

চাউবা অমসুঙ থোয়বা চতলী।
সঙগাঈ অমসুঙ লোয়দাঙ পুন্না লৈ ।
মঙলেম অমসুঙ অহনবা মচীন মনাওনী।
মসী তোম্বগী য়ুমনী।
তাদগী অপাম্বা করীনো ?

অসীনচীঙবা।

**ৱাহৈ পরেঙগী মখল :-**

**(১) মীতৈলোনগী ওয়বা ৱাহৈপরেঙগী মসাজন** (Construction)অসী নৈনবা মতমদা মখাগী মখলসীঙ অসী ফঙঈ :-

(ক) চুম্না ৱাহৈপরেঙ অমদা - লা ~ রা, নো নত্রগা খোনহাঈ (Tone) সীজন্নরগা অহঙবা খঙনবা ফোঙদোকঈ।

(খ) তে ~ দে - সীজন্নরগা ওয়দবা, তৌদবা (Negative) খঙহল্লী।

(গ) - লু ~ রু, নু - সীজন্নরগা য়াথঙ (Order) পীবা খঙহল্লী।

(ঘ) লী~রী, নী, ওয় - ঈচম চম্না হাঈবা (Simple statement) খঙহল্লী ।

**মথক্তা পীরীবা ব্রাফমসীঙসী মখাদা খুদমগা লোয়ননা ঈরী :-**

(ক) লা/ রা, নো অমসুঙ খোনহায় (Tone)সীজন্নরগা চুম্না তৌবা/ওঈবা খঙনবা ব্রাহৈপরেঙ অদু অহঙবা খঙনবা ব্রাহৈপরেঙ ওঈ। **খুদম :-**

মহাক লাঈরীক পাবরা ?
থোয়বা চতপরা ?
মসী লাঈরীকলা ?
মদু ফকলা?
মসী করীনো ?
মহাক কনানো ?

অসীনচীঙবা ।

**খোনহায়না অহঙবা খঙননবা –**

মহাক স্কুল চতলে ?
নখোয় চাক চারে ?
ময়াম পারা ফারে ?

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** মথক্কী খুদমসীঙ অসীদা অহঙবা খঙনবা ব্রাতপ ওয়রীবা "লে" অমসুঙ "রে", "নো"অসী খোনথোক্কী অখন্নবা ফীভম (Phonological condition) অমদা লাকপনী/সীজন্নবনী । " লা/লে" সীনা মতম পুম্নমকতা হক ময়েক্কা (Consonal phoneme) পুন্না চতলী অদুগা "রে" অমসুঙ "রা" অসীনা নীঙসা (Vowel) অমসুঙ

নাতোনদগী থোকপা (Nisal sound) খোনথোক্কা লোয়ননা লাকঈ ।
অদুবু অনৌবা পোকলকপা খোনথোক — (Derivational sound) –

**ক > গ,    চ > জ    ত > দ    প > ব**

ল > র  অসীদদী হাঙ্গৈরীবা ফীবম (condition) অসী লৈতে ।

**খুদম: –**

নহাক চতকেরা ?    নঙ চাগেরা ?
মখোয়গী সনাওরা ?  চতপা য়াবরা ?
মখোয় লাকপরা ?    নঙ চতকেরা ?
গোপাল উবরা ?    তোনু খঙবরা ?

অসীনচীঙবা।

(খ) ***তে ~ দে*** - অনী অসীনা তৌবা ওয়বা খঙনবা ৱাহৈ (Verb) অমগী অরোয়বদা তপ্পা মতমদা ৱাহৈ পরেঙ অদু নত্রগা থৌতাক ৱাহৈ অদু ওয়দবা, তৌদবা খঙনৈ।

**খুদম :-**

মখোয় কৈথেল চততে - (চত + তে)।
থোয়বা লাঙ্গৈরীক পাদে - (পা + দে)।
মীয়ামদু অমতা লাকতে - (লাক + তে)।

অসীনচীঙবা।

(১) **খঙগদবা :-** মীতৈলোন্দ ওয়দবা, তৌদবা খঙনবা ৱাতপ মখল অনী অমসু লৈরী। মখোয় অদুদী - 'লোয়' অমসুঙ 'রোয়' অসীনী। সীজন্নবগী মওঙদী মথক্কী 'তে' অমসুঙ 'দে' অসীগা মান্নে। খুদম :-

ঐহাক চাক চারোয় ।    (চা + রোয়)
মখোয় চতলোয়।    (চত + লোয়)
মহাক থবকতু তৌরোয়।    (তৌ + রোয়)

অসীনচীঙবা।

**(২) খঙগদবা :-** মথক্তা পীরীবা/ঈরীবা ৱাফমসীঙ অসী নম্ভবা মওঙ অমসু লৈ। মদুদী তৌবা ওয়বা খঙনবা থৌতাক ৱাহৈ অমনা হন্না হন্না ঙাঙবা নত্ৰগা ঈবা মতমদা তৌগনু/ ওয়গনু হাঙ্গবগী নুঙগী ওয়বা ৱাহন অমা পীরী। খুদম :-

অঙাঙ নঙ চতলু-চতলু - (চতকনু হাঙ্গবা)

গোপাল নঙ লাঙ্গরীকতু পাও - (পাগনু " )

নখোয় লাকউ-লাকউ - (লাককনু " )

অসীনচীঙবা।

(৯) (ঝ) **লু ~ ৱু/নু :-** হাঙ্গবা তুঙ ৱাতপসীঙ অসীনা করীগুম্বা তৌবা ওয়বা খঙনবা ৱাহৈ অমদা তপসীনবা মতমদা য়াথঙ পীবা ৱাহৈপরেঙ ওয়না খঙনৈ। **খুদম :-**

নহাক কৈথেল চতকনু। (চত + কনু)

মোহোল স্কুল চতলু। (চত + লু)

নখোয় লাঙ্গরীক পাৱু। (পা + ৱু)

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** "লু ~ ৱু" হাঙ্গবা ৱাতপসীগী অতোপ্পা খোনথোক লৈ। অদুদী :-

লু = লো, চতলু = চতলো

অসুম্না 'ৱু' গীসু 'ৱো' হায়বা খোনথোক অমা লৈ

খুদম :-

চাৱু = চারো। তৌৱু = তৌরো।

পাৱু = পারো। কৌৱু = কৌরো।

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** মথক্কী খুদমসীঙ অসীদা য়াওরীবা " ু " (উ) অসীনা

খরা লাপ্পা মফমদা নত্রগা থবকতু কোন্না তৌ হাঙ্গবগী ৱাহল অমা পী।
অদুগা "ে া" (ও) অসীনা হৌজীকমক পাওথোকউ হাঙ্গবগী ৱাহন পী।

## (২) মীতৈলোন্দা সীজন্নবগী মতুঙঈন্না ৱাহৈপরেঙগী মখল:-

মথক্তা ৱাহৈপরেঙ করীনো অমসুঙ মসীগী মসাজন মীতৈলোনগী চানবা মওঙদা ঈখ্রে। মরম অসীনা হৌজীক অমুক মীতৈলোন্দা ঙাঙনরীবা/ঈনরীবা ৱাহৈপরেঙগী মওঙ য়েঙলগা মখল থাঙ্গদোক্নুনা নৈনরী।

মীতৈলোন্দা ঈনরীবা/ ঙাঙনরীবা মওঙ অসীদী

(ক) ঈচম চম্বা ৱাহৈপরেঙ (Simple sentence)

(খ) অনী পুনবা ৱাহৈপরেঙ (Compound sentence)

(গ) য়ান্নবা ৱাহৈ পরেঙ (Complex Sentence)অহুম অসীনী।
হাঙ্গরীবা ৱহৈপরেঙ মখল অহুম অসী সমপ্লনা নৈনরী :-

**(ক) অচম্বা ৱাহৈ পরেঙ :-** অচম্বা ৱাহৈপরেঙ হাঙ্গবসীদা - থৌবু (Subject) অমসুঙ থৌতাক (Verb) অমা লৈবা নত্রগা থৌরম (Object) য়াওবনী। **খুদম :-**

মহাক চতলী ।
মখোয় সান্নরী।
কমল লাঙ্গরীক পারী।
মধু সাঙ্গকলনা কলেজ চতলী।

অসীনচীঙবা।

মথক্কী ৱাহৈপরেঙসীঙ অসীগী মনুঙদা অহানবগী অনী অসী থৌরম (Object) য়াওদে। অদুগা অকোনবগী ৱাহৈ পরেঙ অনী অসীনা থৌরম (Object) য়াওঈ।

মীতৈলোনগী ওঙ্গবা ঈচম চম্বা ৱাহৈ পরেঙ (Simple sentence) অসীদা থৌরম (Object) য়াওবা নত্রগা য়াওদবা মওঙ অনীমক চতন্নে। অদুবু হাযরীবা মওঙ অনীমকসীদা থোয়তাক (Adjective) অমসুঙ মীঙসক (Noun) ৱাহৈ অনীনা পুল্লগা ৱাহৈপরেঙ অদু সাঙদোকহনবা য়াঈ। **খুদম ঃ-**

মহাক তপ্না তপ্না চতলী।

মখোয় চাঙ নাঈনা সান্নরী।

কমল নুমীত খুদীঙগী চাঙ নাঈনা লাঈরীক পাঈ।

মধু নুমীত খুদীঙগী সাঈকলনা কলেজ চতলী।

অসীনচীঙবা।

**(খ) অনী পুনবা ৱাহৈ পরেঙ :-** অনী পুনবা ৱাহৈপরেঙ (Compound sentence) হাঙ্গবসী অচম্বা ৱাহৈপরেঙ অনীদু 'অদুবু' 'নত্রগা', 'অমদী' অসীনচীঙবা তাঈনা ৱাহৈ (Conjunction) অসীনা তাঈসল্লগা / পুনসল্লগা সেম্বা/ ঈবা/ঙাঙবা মওঙ অদুবুনী। **খুদম :-**

মহাক চতলী অদুগা চাউবদী লাক্লে।

মখোয় সান্নে অদুবু মাদী সান্নবদু য়াওদে।

কমল লাঈরীক পাঈ অদুনা মহাক পরীকসাদা মকোক ওঈ।

গোপালখোয় অমদী থোঈবীখোয় পুন্না সান্নমীন্নে।

অসীনচীঙবা।

**(গ) য়ান্নবা ৱাহৈ পরেঙ :-** য়ান্নবা ৱাহৈ পরেঙ হাঙ্গবসী মনীঙ তম্বা ৱাহৈপরেঙ মচা(Clause) অমগা মনীঙ তমদবা / মখা পোনবা ৱাহৈ মচা অমগা পুন্না লৈবা ৱাহৈ পরেঙ অদুবু খঙনৈ । **খুদম :-**

(১) চাউবা কৈদৌঙৈ দীল্লী চতকনী হাঙ্গবসী ঐ খঙদে ।

(২) ঈমানা ঙসীদী ঐগী লৈবীরকঈ হাঙ্গবা ফীদু ঐ উদ্রী ।

(৩) য়াঈফবা পরীখা ঙমাল তাবদা ঐখোয় য়াম্না নুঙাঈরে ।

অসীনচীঙবা ।

**(৩) মথৌগী মতুঙঈন্না ৱাহৈগী মখল :-** ৱাহৈপরেঙ অমদা যাওরীবা/ সীজন্নরীবা ৱাহৈসীঙ অদ মথৌগী অসুম্না মখল থাঙ্গদোকপা যাঙ্গ :

(১) সকতাক (Gender)
(২) সীঙতাক (Number)
(৩) মী (Person)
(৪) মতম (Tense)
(৫) মরী (Case)

ৱাহৈ পরেঙদুদা পাঙথোকলীবা মথৌগী মতুঙ ঈন্না :-

**(১) সকতাক** :- মীতৈলোন্দা নুপা, নুপী, লাবা, অমোম অমসুঙ নত্ত খঙনবা ৱাহৈ অদুবু সকতাক (Gender) কৌঈ। **খুদম :-**

পাখঙ, লৈসাবী, চনু, পীবা, উচেক, সা, মী, য়ুম, উ, ৱা, লম্বী, বস অসীনচীঙবা।

**মীতৈলোন্দ সকতাক ৱাহৈ মখল মরী লৈ। মদুদী :-**

(ক) পা সকতাক (Masculine gender)
(খ) পী সকতাক(Feminine gender)
(গ) অপুন সকতাক (Common gender)
(ঘ) নত্ত সকতাক (Neuter gender)

হাঙ্গরীবা সকতাক ৱাহৈ মখল মরী অসী মখাদা নৈনরী।

**(ক) পা সকতাক** :- ৱাহৈ অমনা নুপা নত্রগা লাবা খঙনরবদী ৱাহৈ অদুবু "পা সকতাক" (Masculine gender) কৌঈ। **খুদম :-**

পাবা, ঈয়াম্বা, খুরা, ঈপল, লাবা, সগোল লাবা, য়েনবা, ঙা লাবা, কাঙ লাবা, উচী লাবা অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা** (১) :- মীতৈলোনগী ৱাহৈগী অরোঈবদা 'অ' নত্রগা "আ" না লোম্বা ৱাহৈসীঙ 'পা সকতাক' ওঈ। অদুবু করী করীগুম্বা মতমদা 'পী সকতাক' ওয়বা ৱাহৈসু য়াওঈ। **খুদম :-**

চাউবা, থম্বাল, মঙগোল , অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা** (২) :- মথক্কীসীগী ওন্নবদা 'পী'/'বী' না লোম্বা বাহৈসীংনা 'পী সকতাক' ওযবগী মহুৎতা "পা সকতাক" ওযবসু যাওঈ।

**খুদম :-**

চাউবী, তোম্বী, থোঈবী, অসীনচীঙবা অদুবু অসীগুম্বা নুপাগী মীঙনা নুপীদা কৌবা নত্রগা নুপীগী মীঙনা নুপাদা কৌবগী - নুপা নত্রগা নুপী অদু কবী কবীগুম্বা মতমদা নুঙঙাঈতবা ঈকাঈবা নঙবা যাওঈ। মবমদী হাঈবীবা মীঙগৌ অসী মীতৈলোনগী চতনবীগী ৱাঙমদা থাজনবীদা মুযফম ওযবগা কৌনবা মীঙগৌনী।

**(খ) পী সকতাক :**- ৱাহৈ অমনা নুপী নত্রগা অমোম খঙনববদী মদু 'পী সকতাক' (Feminine gender) কৌঈ। খুদম :-

ঈমা, ঈচে, ঈচন, ঈন্দোল, থোঈবী, লেম্বী, যেনবী, সনবী, হাতম, অমোম অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা** (১) :- 'পী সকতাক' খঙনবা অযাম্বা ৱাহৈদা "ী" (ঈ) অসীনা লোম্মী । অদুবু কবী - কবীগুম্বা মতমদা পথাপ (নীযম) অসী ঈন্দবসু যাওঈ। পী সকতাক্কী খঙগদবা - (২) দা যেঙঙু।

মখাদা "পা সকতাক' অমসুঙ 'পী সকতাক' খঙনবা ৱাহৈ খবা পীবী :-

| পা সকতাক | পী সকতাক |
|---|---|
| পাবা | ঈমা |
| তাচৌ | ঈচে, ঈতৈমা |
| মামা | ঈনে |
| পীবা | নীঙোল |
| পাখঙ | লৈসাবী |
| লাবা | অমোম |

| | |
|---|---|
| নীঙথৌ | লৈমা |
| ময়া | মমৌ |
| মকু | মনেম |
| প্রখা | লুখ্রাবী (লুখা) |
| ঈপল | ঈবেন |
| ঈপু | অবোক |
| ঈধৌ | ঈমাসী |
| পাবুঙ | ঈমা |

অসীনচীঙবা।

(২) মথক্তা পীরীবা ৱাহৈসীঙ অসী মসানা নীপা (লাবা) অমসুঙ নুপী /নীপী (অমোম)খঙনবা ৱাহৈ ঙাক্তনী। হাঙ্গৈরীবা ৱাহৈসীঙ অসী নত্তবা ৱাহৈ খরদী - অরোঈবা চৈপত (মাত্রা) ওল্লগা / হোঙলগা “পা” নত্রগা “পী” খঙনবা ৱাহৈসু লৈ। **খুদম :-**

| ‘া’ | ‘>’ | ‘ী’ |
|---|---|---|
| য়েনবা | | য়েনবী |
| সন লাবা | | সনবী |
| হুঈ লাবা | | হুঈবী |
| হনুবা | | হনুবী |
| নুপা | | নুপী |
| থোয়বা | | থোয়বী |
| চাউবা | | চাউবী |

অসীনচীঙবা।

(৩) মথক্তা পীরীবা চতনা-পথাপ (নীয়ম) অসী নত্তবা মী নত্রগা সা নত্রগা থৱাঈ পানবা খঙনবা ৱাহৈসীঙদা “পা” নত্রগা “পী” খঙনবা ৱাহৈ হাপ্লগা সীজন্নবা ৱাহৈ কাঙলুপ অমসু লৈ।

**খুদম :-**

(ক)

| | |
|---|---|
| সন লাবা | সন অমোম |
| ঙা লাবা | ঙা অমোম |
| উচেক লাবা | উচেক অমোম |

অসীনচীঙবা।

(খ)

| | |
|---|---|
| অৱাথবী লাবা | অৱাথবী অমোম |
| থৈবোঙ লাবা | থৈবোঙ অমোম |
| য়োঙচাক লাবা | য়োঙচাক অমোম |

অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীরীবা ৱাফমসীঙ / ৱারোলসীঙ অসী নভুবা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা য়াওবা/লৈবা সীজন্নবা ৱাহৈ (অতোপ্পা লোন সঙসক্রীত, বাঙলা, ঈঙরাজীনচীঙবা ) খরদী পীসকতাক ওয়না সীজনৈ। **খুদম :-**

তুলসী (ব্রীন্দা দেবী) ঈমা।

চীন্দুম্বী কলম।

য়াঙগঙবী তুরেল (নম্বুল)।

মালেম (প্রীথীবী) ঈমা।

নুমীত (সুর্য) ঈপা।

মৈ (অগ্নী ) ঈপা।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** মথক্তা পা সকতাক, পী সকতাক, অনী (অপুন) সকতাক্কী মরমদা ঈখ্রে। অদুবু মতাঙসীদা ঐখোয়না খঙগদবদী মীতৈলোনগী ৱাহৈপরেঙগী /অমদী থৌতাক্কী মসক্তা হাঈরীবা সকতাকসীঙ (Gender) অসীনা অহোঙবা পীদে হাঈবসীনী।

**(২) সীঙতাক (Number)** :-তাঙ্গৈবঙসীদা লৈরীবা লেঙলী-পাল্লীবা থব্রাঙ্গ পানবস়ীঙ অমদী পান্দবসীঙ অসীগী মসীঙ নতুগা ময়াম খঙনবা ৱাহৈ অদুবু সীঙতাক (Number) কৌঈ। **খুদম :-**

| | | | |
|---|---|---|---|
| (ক) | লাঈরীক | (i) | - লাঈরীক অমা খঙনৈ। |
| | লাঈরীকসীঙ | | - লাঈরীক ময়াম খঙনৈ। |
| (খ) | লানমী | (ii) | - কাঙলুপ খঙনৈ। |
| | সঙগু | | - ” ” |
| (গ) | সঙগোম | (iii) | - মপুম খঙনবা ৱাহৈ। |
| | ঈসীঙ | | - ” ” |
| | মালেম | | - ” ” |
| | চুহী | | - ” ” |

অসীনচীঙবা ।

মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা লৈরীবা/য়াওরীবা ৱাহৈসীঙ অসী মথক্তা পীরীবা - “ক” “খ” অমসুঙ “গ” অসীগী মতুঙ ঈন্না য়েঙলগা (Number) অসী মখল অনী থোক্না খাঈদোকপা য়াঈ :-

**(অ) মসীঙ থীবা য়াবা সীঙতাক** (Countable number)

**(আ) মসীঙ থীদবা সীঙতাক** (Uncountable number)

মথক্তা পীরীবা মখল অনী অসী মখাদা অমুক হন্না নৈনরী :

**(অ) মসীঙ থীবা সীঙতাক** (Countable) :- মীতৈলোনগী ওঈবা মসীঙ থীবা য়াবা ৱাহৈ অদুবু মসীঙ থীবা সীঙতাক কৌঈ।

**খুদম :-**

অঙাঙ অমা সানরী। (অমদগী হেনবা অনী-অহুম )

অঙাঙসীঙ সানরী।

লাঈরীক অনী অহনবনী।

লাঈরীকসীঙ অনীসী অহনবনী/অহনবসীঙনী।

মহাক মথন্তা চতলী।

মখোয় ময়াম চতলী /চতপাসীঙ।

অসীনচীঙবা।

মসীঙ থীবা (সীঙতাক) অসী অমুক হন্না মখল অনী থোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ :-

**( ক) অমা সীঙতাক** (Singular number)

**( খ) ময়াম সীঙতাক** (Plural number)

**(ক) অমা সীঙতাক** :- অমা সীঙতাক(Singular number) হাঈবসী ৱাহৈ অমনা মসীঙ অমখকতনী হাঈবা/তাকপা অদুবু খঙনৈ। **খুদম :-**

লাঈরীক, অঙাঙ, মী, সা, উচেক, উ, ৱা, ঙা, অসীনচীঙবা।

**(খ) ময়াম সীঙতাক** :- ৱাহৈ অমনা মসীঙ অমদগী হেন্না খঙহনবা অদুবু ময়াম সীঙতাক (Plural number) কৌঈ। **খুদম :-**

লাঈরীকসীঙ, অঙাঙসীঙ, মীসীঙ, মীয়াম, তেবলসীঙ, কলমসীঙ, উসীঙ, স্কুলসীঙ, কলেজসীঙ, মখোয়, উহৈসীঙ

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা** :- মথক্কী খদমসীঙ অসীদা "সীঙ" "য়াম" অমসুঙ "খোয়" হাঈবা ৱাতপ ৱাহৈ অহুম অসী মতাঙ অসীদদী ময়াম খঙনবা ৱাতপসীঙনী । মসী তপসল্লবদী অমদগী হেনবা অনী নত্ৰগা মসীঙ থীঙমদনা য়াম্বা ৱাহৈ অমা ওঈ। **খুদম :-**

| (ক) | (খ) |
|---|---|
| লাঈরীক | লাঈরীকসীঙ |
| মী | মীসীঙ/মীয়াম |
| ঙা | ঙাসীঙ/ঙায়াম |

| | |
|---|---|
| ঐ | ঐখোয়/ঐখোয়সীঙ |
| উ | উয়াম/উয়ামসীঙ |

অসীনচীঙবা।

মথক্কী ওয় থঙবা (ক) গী মখাদা পীরীবা ব্রাহৈসীঙ অসীদী অমমমগী মসীঙতমক তাকঈ অদুগা য়েত থঙবা (খ) অসীগী মপাদা পীরীবা ব্রাহৈসীঙ অসীদী অমদগী হেল্লী, অদুবু কয়া য়াম্না হেনবনো হাঈবগী অকক্নবা মসীঙদী তাকপা ঙমদে।

**মীতৈলোন্দা ময়াম সীঙতাক সেম্বগী নীয়ম খরা :-**

(১) মীতৈলোনগী ওঈবা ব্রাহৈ অমনা পোত অমা, মী, সা, উচেকনচীঙবা অমখকতনী হায়বা খঙহল্লবদী :- মদুদা সীঙ, খোয়, ময়াম্নচীঙবা ব্রাতপসীঙ অসী তপসীল্লবা ময়াম খঙনবা ব্রাহৈ ওঈ।

**খুদম :-**

লাঈরীক + সীঙ = লাঈরীকসীঙ

লাঈরীক + ময়াম = লাঈরীকময়াম

লাঈরীক + সীঙ + ময়াম = লাঈরীকসীঙময়াম

**খঙগদবা :-** "সীঙ" হাঈবা ব্রাতপ অসীগী আতোপ্পা খোনথোক "সা" হাঈদুনা সীজনবসু য়াওঈ। **খুদম :-**

অঙাঙ + সীঙ = অঙাঙসীঙ হাঈবসীগী মহুত্তা অঙাঙ + সা = অঙাঙসা - হাঈনা হাঈবসু য়াঈ। ব্রাহৈগী মসক (Form) মান্নদবা খরা খেন্ননা লৈরবসু অথদী মান্নে।

(২) "খোয়" তপ্পা ব্রাহৈসীঙ – চাউবা + খোয় = চাউবখোয়, থোঈবা + খোয় = থোঈবখোয়, মা + খোয় = মখোয়, নঙ + খোয় = নখোয় অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** "খোয়" হাঙ্গবা ময়াম ৱাতপ অসী মী খঙনবা ৱাহৈদদা তপঙ্ঈ। "খোয়" তপ্পা মতমদা 'বা' গী 'ঙ, া' লৌথোকঈ। অসুম্না "নঙ" গী "ঙ" অমসুঙ "মা" গী "া" সু লৌথোক্কদবনা। মথক্কী খদমসীঙসী য়েঙউ।

(৩) **"ময়াম" :-** ময়াম হাঙ্গবা ৱাহৈসী মসা মতোমতা লেপচবা/ সীজন্নবা য়াবা ৱাহৈ অমনী। অদুবু করী-করীগুম্বা মতমদা ৱাতপ ওয়না খঙনবা ৱাহৈসীঙদা নত্ত্রগা ময়াম খঙনবা ৱাহৈদা তপসীনদুনা হেন্না য়াম্বা খঙহল্লী। **খুদম :-**

অঙাঙ + সীঙ +ময়াম = অঙাঙসীঙময়াম, লাঈরীক+ সীঙ + ময়াম = লাঈরীকসীঙ ময়াম, তুরেল+ সীঙ +ময়াম = তুরেলসীঙ ময়াম অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** "ময়াম" হাঙ্গবসী অমদগী হেনবা ময়াম খঙনবা ৱাহৈ নত্ত্রগা ৱাতপ অমনী হাঙ্গখ্রে। মসীগী ওন্নবদা 'খরা' হায়বা ৱাতপ মখল অমসু লৈরী। "খরা" হাঙ্গবা ৱাতপ অসীনা অমদগীদী হেল্লী, য়ামদী য়ামদে, হাঙ্গবা তাকঈ। অদুগা "ময়াম" "সীঙ" তপ্পসু য়াঈ ।

**খুদম :-**

মীয়াম + খরা = মীয়ামখরা।

লাঈরীকসীঙ + খরা = লাঈরীকসীঙ খরা।

লায়াম + খরা = লায়াম খরা।

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** "খরা" হাঙ্গবা ৱাহৈ/ৱাতপ অসীগী অতোপ্পা সকতম খীততা/খজীক/খজীকতা/খজীকতঙ অসীনচীঙবসু লৈ ।

(৪) **হন্না হন্না হাঙ্গবা :-** মীতৈলোনগী ওঈবা ৱাহৈ অমনা অনীরক হাঙ্গবদী হন্না - হন্না হায়রগা ময়াম খঙনবা ৱাহৈ ওঈনা সীজন্নবা য়াওঈ।

**খুদম :-**

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| **কনা** | = | কনা-কনা | = | অমদগী হেন্না খঙনবা |
| **করী** | = | করী-করী | = | অমদগী হেন্না খঙনবা |
| **খরা** | = | [illegible] | = | [illegible]গী হেন্না খঙনবা |
| **মী** | = | মী-মী | = | অমদগী হেন্না খঙনবা |
| **উ** | = | উ-উ | = | অমদগী হেন্না খঙনবা |
| **ৱা** | = | ৱা-ৱা | = | অমদগী হেন্না খঙনবা |

অসীনচীঙবা।

**সীঙতাক্কী** মতাঙসীদা লাঈরীকসীনা **মসীঙ থীবা য়াবা হাঈবা তাঙককসীগী মনুঙদা মখল অনী (অমা সীঙতাক অমসুঙ ময়ামসীঙতাক)** **হাঈনা খাঈদোকতুনা** মথক্তা নৈনখ্রে। লোনগী নেচর (**মসাজন**) **য়েঙলগা মখল অনীথোক্না** নৈনখীবনী। হাঈরীবসী নত্তবা **ৱাহৈ** খরা লৈ, মদুদী **ফাঈবোক, তরা, চাম্বা, সঙগু, চবুল, মপৈ, কাঙলুপ** অসীনচীঙবা। মখোয়সীঙ অসী অর্থদা য়েঙলবদী অমদগী হেনবা ঙাক্তনী। অদুবু সীঙতাক হায়বসী ৱাহৈগী অর্থদা য়েঙবা নততে ৱাহৈগী সকতাক অমসুঙ মসাজন্দা লেপকদবনী।

**(আ) মসীঙ থীদবা সীঙতাক (Uncountable) :-**

মীতৈলোন্দা মসীঙ থীবা চতনদবা ৱাহৈ খরা লৈ। **খুদম :-** ঈসীঙ, সঙগোম, চুহী অসীনচীঙবা । মসীঙ থীবা য়াদবা মহী লাঙবা নত্রগা মতুম নত্রগা মতুম/মপুম ওঈনা লৈবা পোতসীঙবু মসীঙ থীদবা সীঙতাক কৌঈ। **খুদম :-**

ঈসীঙ মঙা পীয়ু।

সঙগোম অহুম পুরকউ।

চুহী অনী লাকউ ।

মথক্কী ৱাহৈ পরেঙ অহুমসী মীতৈলোন্দা সীজন্নদে ।

মসীগী  মহুততা

ঈসীঙ খবা পীযু ।

সওগোম লীতব তবা পীযু।

নুমীত মঙানী/খবা ᷈. যগা লাকউ।

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** কনা কনাগুম্বনা লোনমীততা ৱাহৈগী অর্থ যেঙলগা অনী সীঙতাক লৈ হাঈনা মত পী। অদুবু মতাঙসীদা হাঈজনীঙবদী অর্থ যেঙলগা সীঙতাক্কী মসীঙ লেপ্পা তাববদী লোয-খম নাঈববোঈ / লৈবোঈ। **খুদম :-**

**<u>অনী খঙনবা</u>**

লফোয ফাঈবোক

অঙাঙ ফাঈবোক

চু ফাঈবোক

লম্বী কাবোঙ

উ কাবোঙ

মখোয তুমা

উচেক তুমা

অসীনচীঙবা ।

**<u>অহুম খঙনবা</u>**

লম্বী অহুম লোঙবা

ঈচেল অহুম পুনবা

মী অহুম ফম্বা

অসীনচীঙবা ।

# মতম (Tense)

মতম হায়বসী মচেত তানা খাইদোকপা যাদবা মপুম ওইনা লৈবা/ খঙনবা মসক (ৱাহৈ) অমনী। অদুবু ঐখোয় মীওইবনা সীজন্নবদা নুঙাইনবা নত্রগা খুত্তলোযনবা হাইদুনা হৌজীক, হোবেন অমসুঙ ঙসাই হায়না খাইদোকই। হায়রিবা হৌজীক, হোবেন অমসুঙ ঙসাই হায়বসীসু লোনমীতলোনগী মীতয়েংদা হৌজীক মতম, হৌখ্রবা মতম অমসুঙ **লাক্কদবা মতম** হায়না খানদুনা লৈ।

মীতৈলোন্দা মতম হায়বসী Tense হায়বা ঈঙবাজীগী ৱাহৈসীগা মানৈ। অদুবু ঈঙবাজীগী Tense হায়বা গ্রমাতীকেল তর্ম তেন্স (Tense) হায়বা অসীসু মতম (Time) হায়না অদুম খঙনৈ / লৌনৈ। মরম অসীনা মতম হায়বীবসী গ্রমাবতীকেন তর্ম অমা ওইহল্লী। মতমবু গ্রমাবতীকেন তর্ম অমা ওইনা লৌরগা সীজনবা/ঈনবা মতমদা লোন্দুগী তৌবা ওইবা খঙনবা ৱাহৈ (Verb) অদুগী মসক (Form) অদু যেঙলগা লেপ্পী।

**খুদম :-**

মহাক লাকই।

মহাক লাক্লে।

মহাক লাকখ্রে।

মহাক লাককনী।

মহাক লাকলম্মী।

অসীনচীঙবা।

**মথক্তা পীরীবা খুদমসীঙ অসীদা য়াওরীবা থৌতাক ৱাহৈসীঙগী মওঙ/মসক অসী য়েঙলগা মখল অহুম থোক্লা খাঙদোকপা য়াঙ্গি :-**

(ক) **হৌতম** ( Present Tense)

(খ) **হৌখ্রতম** ( Past Tense)

(গ) **লাকতম** ( Future Tense)

মথক্তা পীরীবা মতম অহুম অসী মখাদা মথঙ-মথঙ নৈনরী :-

(ক) **হৌতম (Present Tense)** :-ৱাহৈ পরেঙ অমগী মনুঙদা য়াওরীবা থৌতাক ৱাহৈ অদুনা থবক অদু হৌজীক তৌঈ নত্রগা পাঙথোকঈ হায়বা তাকলীবা অদুবু হৌতম কৌঈ। **খুদম :-**

(১) মহাক লাঈরীক পাঈ।

(২) চাউবা চতলী।

(৩) গোপাল লাক্লে।

(৪) ঐখোয় সানরকলী।

অসীনচীঙবা।

মথক্কী খুদম নম্বর ১-২ দা ঈরীবা/য়াওরীবা ৱাহৈ মথঙসীতনা,- "পাঈ" অমসুঙ "চতলী" হাঈবা ৱাহৈ অনীসীনা পাঙথোকলীবা থবক অসী হৌজীক তৌবা/ওয়বা খঙহল্লী। অদুগা নম্বর ৩ দা য়াওরীবা "লাক্লে" হাঈবা অসীনা হৌজীক থবকতু লোয়রে/মপুঙ ফারে/পাঙথোকলে হাঈবা তাকঈ । অসুম্না নম্বর ৪দা য়াওরীবা/ ঈরীবা থৌতাক ৱাহৈ(Verb) অসীনা থবকতু ঙহাক্কী মমাঙদগী তৌরক্লগা-হৌরক্লগা হৌজীক ফাওবা চতথরী হাঈনা খঙহল্লী।

মথক্তা নৈনরীবা ৱারোলসীঙ অসী য়েঙলগা মীতৈলোন্দা হৌতমগী (Present Tense) মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াঈ।

(১) **হৌজীক ওঈবা মতম** (Present indefinite)

(২) **হৌজীক চতথরীবা মতম** (Present continuos)

## (৩) হৌজীক মপুঙ ফাবা মতম (Present perfect)

**(১) হৌজীক ওঙ্গরীবা মতম :-** করীগুম্বা ৱাহৈ পরেঙ অমদা য়াওরীবা থৌতাক ৱাহৈ অদুনা হৌজীক ঔয়বা/তৌবা খঙহল্লবদী মদুবু হৌজীক ওয়বা মতম কৌঈ। **খুদম :-**

নকক্লাদবা

অঙাঙসীঙ সানৈ।
মোহোন লাঈরীক পাঈ।
থোঈবী চতলী।

অসীনচীঙবা।

**(২) হৌজীক চতথরীবা মতম :-** মীতৈলোনগী ওঙ্গবা ৱাহৈ পরেঙ অমদা য়াওরীবা থৌতাক ৱাহৈ অদুনা থবকতু হৌজীক তৌরী নত্রগা লোঈদ্রী হাঈবা খঙহল্লীবা ৱাহৈ অদুবু হৌজীক চতথরীবা মতম হাঈনা কৌঈ।

**খুদম :-**

থোঈবী লাঈরীক পাব্রী।
ঈবোহলখোয় চতল্রী।
মখোয় সান্নরকল্রী।

অসীনচীঙবা।

**(৩) হৌজীক মপুঙ ফাবা মতম :-** ৱাহৈ পরেঙ অমদা য়াওরীবা থৌতাক ৱাহৈ অদুনা মপুঙ ফারে, ওঙ্গরেনচীঙবা খঙহনবা ৱাহৈ (থৌতাক) অদুবু হৌজীক মপুঙফাবা মতম (Present Perfect) কৌঈ। **খুদম :-**

কমল লাক্লে।
ঐ লাঈরীক পারে।
ঈন্দীরা পরীকসা ঙমলে।

অসীনচীঙবা।

## (খ) হৌখ্রতম (Past tense)

হৌখ্রতম হাঙীবদী করীগুম্বা থবক অমা তৌখ্রবা/ওয়খ্রবা খঙনবা ব্লাহে অমনা হৌখ্রবা মতমবু খঙহনবা অদুবু হৌখ্রতম কৌঈ।

**খুদম :-**

মহাক চতখ্রে।
থোঈবী চতথখী।
অনীতা লাকলম্মী।

অসীনচীঙবা।

হৌখ্রতম হাঙীবসীসু অমুক হন্না মখল অহুমথোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ :-

(১) **হৌখ্রেতম** (Past Indefinite)
(২) **হৌখ্র চতথরীবা মতম** (Past continuous)
(৩) **হৌখ্র মপুঙফাবা মতম** (Past Perfect)

**(১) হৌখ্রতম :-** করীগুম্বা থবক অমা তৌখ্রে, লোয়খ্রে হাঙীবা খঙনবা ব্লাহে অদুবু হৌখ্রেতম কৌঈ।

**খুদম :-**

গোপাল লাঈরীক পারম্মী।
থোঈনু চতখীরম্মী।
মখোয় লাকলমদে।

অসীনচীঙবা।

**(২) হৌখ্র চতথরীবা মতম :-** করীগুম্বা থবক অমা হৌখ্রবা মতমদা লোয়রবসু অসুম চতথদুনা তৌরী/লৈরী হাঙ্গনা খঙহনবা ৱাহৈ অদুবু হৌখ্রতম চতথরীবা মতম হাঙ্গনা কৌঈ। **খুদম :-**

অঙাঙসীঙ সান্নরকলী।
মখোয় লাঙ্গরীক পাথখীনী।
চাউবা সাঙ্গকল থৌখীরম্লে।
অসীনচীঙবা।

**(৩) হৌখ্র মপুঙ ফাবা মতম :-** মীতৈলোনগী ৱাহৈপরেঙ অমদা য়াওরীবা থৌতাক ৱাহৈ অদুনা পাঙথোকলীবা থবক অদু মপুঙ ফানা লোয়খ্রে/ওয়খ্রে হাঙ্গবা খঙনবা ৱাহৈ অদুবু হৌখ্র মপুঙ ফাবা মতম (Past Perfect) কৌঈ। **খুদম :-**

মহাক চাক চারম্লে।
রাম থুঙলরম্মী।
চাউবী ৱা চারম্মী।
অসীনচীঙবা।

## (খ) লাকতম (Future tense)

লাকতম হাঙ্গবসী তৌবা/ওযবা ৱাহৈ অমনা লাক্কদবা মতমদা ওঙ্গগনী/থোক্কনী হাঙ্গবা খঙহনবা ৱাহৈদুবু খঙনৈ। **খুদম :-**

মধু স্কুল চতকনী।

রাম লাঙ্গরীক পাগনী।

মখোয় হৌজীক চতলনী।

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :-** লাকতম (Future Tense) অসী মীতৈলোনগী ওয়বা ৱারু (Root) দা "ক" নত্রগা "গ" হাপ্পগা/তপলগা লাক্কদবা মতম খঙহল্লী। মরম অসীনা মীতৈলোনগী লাকতমগী ৱাতপ অসী "ক" অমসুঙ "গ" (অনী) অসীনী।

লাকতম অসী মখল অমনী হাঙ্গনা লৌবা য়াঙ্গ।

**(১) অসেঙ লাকতম** (Future tense)

**(২) য়ানসীন লাকতম** (Compound tense)

**(১) অসেঙ লাকতম :-** অসেঙ লাকতমগী ৱাতপতী - "ক" অমসুঙ "গ" নী। **খুদম :-**

মহাক লাককনী।

ঐ পাগনী।

নঙ চতকনু।

আশংকা মণ্ডল

অসীনচীঙবা।

**(২) য়ানসীন মতম :-** য়ানসীন মতম (Compound Tense) হাঙ্গবসী মীতৈলোনগী তৌবা ওয়বা খঙনবা থৌতাক ৱাহৈ অমদা তোঙান

তোঙানবা মতম খঙহনবা ৱাতপসীঙ তপসল্লগা ওয়বা মতমগী মওঙ অদুবু খঙনৈ ।

**খুদম :-** পারমগনী = পা +রম+গ+নী ।

পাথরমগনী = পা+থ +রম+গ+নী ।

ঈথরকলমগনী = ঈ+থ +বক+লম+গ+নী ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** মথক্কী খুদমসীঙ অসীদা য়াওরীবা ৱাবু (Root) অসীদা মথঙসীতনা হৌখীবা মতম খঙনবা ৱাতপ -রম-, লাক্কদবা মতম খঙনবা ৱাতপ -গ- অসী পুন্না ৱাহৈ অমতদা য়াওরী । অসুম্না থৌতাক ৱাহৈ অমদা তোঙান-তোঙানবা মতম খঙহনবা ৱাতপ তপসীনদুনা "য়ানসীন মতম" গী ওয়বা ৱাহৈ কয়ামবুম মীতৈলোন্দা সীজন্নৈ । অসুম্না য়ানসীনবা মতম খঙনবা ৱাতপ তপসীন্দুনা ঙাঙবা/ঈবা অসীনা মীতৈলোনগী মসক ফজহল্লী । মসীদসু নত্তুনা থৌতাক ৱাহৈদা থৌগনলোনগী ওয়বা ৱাতপ্ - চ-জ পী বী নচীঙবা তপ্পসু চতনৈ ।

**খুদম :-** চতচরগে = চত +চ+ব+গে ।

হাঈজগে = হাঈ+জ +গে ।

তাকপীয়ু = তাক+পী +য়ু ।

ফমবীয়ু = ফম+বী+য়ু ।

# সক্রতাক (Gender)

বাহৈ অমনা নুপা, নুপী, লাবা, অমোম নত্রগা নত, অনী পুনবা খঙনবা ব্রাহৈ অদুবূ সকতাক (Gender) কৌঈ ।

**খুদম :-** নুপা, নুপী, পাখঙ, লৈসাবী, মী সা, উচেক, য়ুম, উ, ব্রা অসীনচীঙবা ।

মথক্তা পীরীবা খুদমসীঙ অসী য়েঙলগা মীতৈলোন্দা সকতাক মখল মরী থোক্লা খায়দোকপা য়াঈ ।

(১) পা-সকতাক (Mascumline Gender)
(২) পী-সকতাক (Feminine Gender)
(৩) অপুন-সকতাক (Common Gender)
(৪) নত-সকতাক (Neuter Gender)

(১) **পা-সকতাক :-** ব্রাহৈ অমনা নূপা নত্রগা লাবনী হায়বা খঙহনবা অদুবু পা-সকতাক (Masculine Gender) কৌঈ ।

**খুদম :-** তাদা, ঈকুবোক, খুরা, চাউবা, য়েনবা, লমজা, ঈবুঙঙো, লাবা, পীবা অসীনচীঙবা ।

(২) **পী-সকতাক** - নুপী নত্রগা অমোমনী হায়বা খঙহনবা ব্রাহৈ অদুবু 'পী-সকতাক' (Feminine Gender) কৌঈ । **খুদম :-** থোঈবী, চাউবী, ঈনে, ঈমা, ঈচল, ষনবী, অমোম, নুজা, ঈচে অসীনচীঙবা ।

**১বা খঙগদবা :** ঈ (ী) না লোম্বা অয়াম্বা ব্রাহৈ পী-সকতাক ওয়, অদুবু করী-করীগুম্বা মতমদা পা-সকতাক ওয়বসু য়াওঈ । **খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| চাউবী | – | নুপা অমগী মমীঙ |
| থোঈবী | – | " " " |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| তোম্বী | – | ” | ” | ” |

অসীনচীঙবা ।

**২বা খঙগদবা :** অ/আ না লোম্বা ৱাহৈ খরসু পী-সকতাক ওয়।

**খুদম :-** চাউবা – নুপী খঙনবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| তোম্বা | – | ” | ” |
| আনন্দ | – | ” | ” |
| ঈচন | – | ” | ” |
| ঈমোম | – | ” | ” |

অসীনচীঙবা ।

**(৩) অপুন-সকতাক**(Common Gender) : - মীতৈলোনগী ওয়বা ৱাহৈ অমনা নুপা, নুপী নত্ত্রগা লাবা, অমোম পুন্না খঙহনবা অদুবু অপুন সকতাক (Common Genders) কৌঈ । **খুদম :-** মী, সা, ঙা, উচেক, হৈনৌ, থৈবোঙ, নাপী, ক্বা অসীনচীঙবা ।

মথক্ত। পীরিবা ৱাহৈসীঙ অসী পা-সকতাক নত্ত্রগা অমোম হাঈবা ৱাহৈ অসী হাপলগা সীজন্নে । **খুদম :-**

| | |
|---|---|
| মী নুপা | মী নুপী |
| খুনু লাবা | খুনু অমোম |
| ঙা-লাবা | ঙা-অমোম |
| য়েন-লাবা | য়েন-অমোম (য়েনবী) |
| সন-লাবা | সন-অমোম(সনবী) |

অসীনচীঙবা ।

**(৪) নত-সকতাক** (Neuter Gender) **:-** ৱাহৈ অমনা পা, পী নত্ত্রগা লাবা, অমোম খঙহনদবা ৱাহৈ অদুবু ‘নত সকতাক’ (Neuter Gender) কৌঈ । **খুদম :–** য়ুম, লাঈরীক, চে, কলম, উ, ৱা, লম্বী, অয়ুক, নুঙথীল অসীনচীঙবা ।

**১বা খণ্ডগদবা : করী-করীগুম্বা মতমদা নত-সকতাক্কী মনুঙ চুননা লৈবা ৱাহৈ খরা – লাবা, অমোম হাঙ্গৈবা ৱাহৈসীঙসী হাপ্পগা সীজন্নবসু য়াওঙ্গৈ। খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| অৱাথবী লাবা | – | অৱাথবী অমোম |
| থৈবোঙ লাবা | – | থৈবোঙ অমোম |
| য়োঙচাক লাবা | – | য়োঙচাক অমোম |
| ক্বা মনা লাবা | – | ক্বামনা অমোম |

অসীনচীঙবা ।

**২বা খণ্ডগদবা :** মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা য়াওবা লৈবা মপান্দগী লাকপা ৱাহৈ খরদী ঈবুঙঙো, ঈবেম্মা হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসী তপতুনা পা-সকতাক নত্রগা পী-সকতাক ওয়না খঙহনবসু লৈ । **খুদম :-**

**পা-সকতাক :**

| | | |
|---|---|---|
| নুমীত | – | সুর্যদেব ঈবুঙঙো |
| মৈ | – | অগ্নীদেব " |
| নুঙসীত | – | বরুনদেব " |

অসীনচীঙবা ।

**পী-সকতাক :**

| | | |
|---|---|---|
| তুলসী | – | ব্রীন্দা দেবী ঈবেম্মা |
| লৈবাক | – | পৃথী ঈমা " |
| থা | – | থাজমানবী " |

অসীনচীঙবা ।

**পা-সকতাকতগী পী-সকতাক ওনবগী চতন পথাপ (নীয়ম) খরা :–**

মালেমগী লোনসীঙদা পা-সকতাক খঙনবা ৱাহৈদগী পী-সকতাক ওনবা মতমদা ৱাহৈদুগী মসক খরা হোঙদোকপা নত্ৰগা পী-সকতাক খঙনবা ৱাহৈ অমা হাপ্পগী চতনবী লৈ । মসীগী মতাঙদা মীতৈলোনগী ওয়বা চতন-পথাপ খরা মখাদা পীরী –

**(ক)** পা-সকতাক খঙনবা ৱাহৈগী অরোঈবদা লৈবা ' া ' অদু লৌথোকলগা ' ী ' ওল্লগা পী-সকতাক খঙনৈ । **খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| তোম্বা | – | তোম্বী |
| চাউবা | – | চাউবী |
| উসুবা | – | উসুবী |
| ফীসুবা | – | ফীসুবী |
| ফমনাঈবা | – | ফমনাঈবী |
| অঈবা | – | অঈবী |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** অদুম ওয়নমক মীতৈগী থাজনবী অমগী মতুঙ-ঈন্না নুপী ঙাক্তা নত্ৰগা নুপা ঙাক্তা পোকপা ঈমুঙ অমদা নুপাগী মমীঙ কৌবা নত্ৰগা নুপীগী মমীঙ কৌবা অসীসু চতনৈ । য়েঙঙু মথক্কী লা. ৪৮ গী খুদমসীঙসী ।

**(খ) অপুন সকতাক** – অপুন সকতাক খঙনবা ৱাহৈদা 'পা' নত্ৰগা 'পী' হাঈবা ৱাতপ অসী তপসীল্লগা 'পা' নত্ৰগা 'পী' খঙনবা ৱাহৈ সেম্মী ।

**খুদম :-**

| অপুনৱাহৈ | | সকতাক ৱাতপ/ৱাহৈ | | |
|---|---|---|---|---|
| সন | + | লাবা | = | সনলাবা |
| সগোল | + | লাবা | = | সগোললাবা |
| হামেঙ | + | লাবা | = | হামেঙলাবা |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| হৌদোঙ | + | অমোম | = | হৌদোঙঅমোম |
| কৌজেঙ | + | অমোম | = | কৌজেঙঅমোম |
| সামু | + | অমোম | = | সামুঅমোম |
| সন | + | অমোম | = | সনঅমোম /সনবী |
| য়েন | + | অমোম | = | য়েনঅমোম/য়েনবী |

অসীনচীঙবা ।

**(গ)** মীতৈলোনগী য়ুমনাক /সাগৈ খঙনবা ৱাহৈদা 'পা' নত্রগা 'পী' ( বা/ বী) তপলগা নুপা নত্রগা নুপী খঙনৈ । **খুদম :-**

| পাসকতাক | – | পীসকতাক |
|---|---|---|
| সাপ্পা | – | সাপ্পী |
| মোঙ্গৈরাঙথেম্বা | – | মোইরাঙথেম্বী |
| নীঙোম্বা | – | নীঙোম্বী |
| কাঙজম্বা | – | কাঙজম্বী |
| নোঙজাম্বা | – | নোঙজাম্বী |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** য়ুমনাক খঙনবা ৱাহৈগী অরোয়বদা পা/বা নত্রগা পী/বী তপতুনা নুপা নত্রগা নুপী খঙনবা ৱাহৈ ওয়না সীজন্নবা মতমদা য়ুমনাককী ওয়বা ৱাহৈগী অরোয়বা সরুক্কী ৱাহৈ মচেত খরা লৌথোকপা- **খুদম :-**

সাপম নুপা = সাপ্পা

সাপম নুপী = সাপ্পী

মোঙ্গৈরাঙথেম নুপা = মোঙ্গৈরাঙথেম্বা

মোঙ্গৈরাঙথেম নুপী = মোঙ্গৈরাঙথেম্বী

অসীনচীঙবা।

**(গ)** অতোপ্পা লোনদগী চঙলকপা (Loan words) শ্বাহৈসীঙদসু মীতৈলোনগী মসাগী ওয়বা চতনবী "পা" নত্রগা "পী" তপতুনা সীজনৈ।

**খুদম :-**

| <u>পা-সকতাক</u> | <u>পী-সকতাক</u> |
|---|---|
| হাও+নুপা = হাওনুপা | হাও+নুপী = হাওনুপী |
| ( হাওনুবা ) | ( হাওনুবী ) |
| পাঙগল+নুপা = পাঙগলনুপা | পাঙগল+নুপী = পাঙগলনুপী |
| সাহেপ+নুপা = সাহেপনুপা | সাহেপ+নুপী = সাহেপনুপী |

অসীনচীঙবা।

# মী (Person)

লোন অমগী ৱাহে় পুকৈদা লৈরীবা / য়াওরীবা ৱাহৈ়সীঙগী ৱা ঙাঙবা মী (Speaker), অতাবা মী (Hearer) অমসুং ঙাঙফম (Object) হীরম হায়না মখল অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই। অসীগুম্বা মখল অসীসু লোন-নৈনবা মীওয়সীঙনা মখাগী অসুম্না মখল খাইদোকই :–

(১) অহানবা মী (1st person)
(১) অনীসুবা মী (2nd person)
(১) অহুমসুবা মী (3rd person)

**মথক্তা ঈরীবা মখল অহুম অসী অমুক হন্না মখাদা নৈনরী –**

**(১) অহানবা মী :-** ৱা ঙাঙলীবা / ঈরীবা মী অদুবু অহানবা মী 1st Person হায়না খঙনৈ। **খুদম :-**

**ঐ লাইরীক পাই।**
**ঐখোয় স্কুল চতলী।**
**ঐহাক সান্নবা পামই।**

অসীনচীঙবা।

মথক্কী ৱাহে় পরেঙসীঙসীদা থৌবু (Subject) ওইরীবা ৱাহৈ়সীঙ মথঙসীতনা ঐ, ঐখোয় অমসুঙ ঐহাক হাইবা অসী অহানবা মী খঙনবা ৱাহৈ়নী।

**(২) অনীসুবা মী :-** মীতৈলোন্দা নঙ, নখোয় অমসুঙ নহাক অসীনচীঙবা ৱাহৈ়সীঙ অসী অনীসুবা মী (2nd Person) হাইনা খঙনৈ। **খুদম :-**

নঙ কৈদৌঙৈ লাক্কনী ?
নখোয় লাঈবাক পাও ।
নহাক চাঙ নাঈনা সান্নৌ ।
অদোম হয়েঙ লাকপীয়ু ।
অদোম কয়া যাম্লা কুঈরে ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** মথক্কী খুদমসীঙ অসীগী মনুঙদা " অদোম " অমসুঙ "অসোম" হাঈবা ৱাহৈ অনী অসী ঈকাঈখুম্নবা তাকপা / উতপা মতমদা সীজন্নবা ৱাহৈনী । " অসোম " হায়বা অসীনা খরা নকপা মফমদা সীজন্নে ।

**(৩) অহুমসুবা মী :-** মীতৈলোনগী ৱাহৈ -পুকৈদা লৈরীবা / য়াওরীবা ৱাহৈসীঙগী মনুঙদগী অহানবা অমসুঙ অনীসুবা মী খঙনবা ৱাহৈসীঙ লৌথোকখ্রগা / খাঈদোকখ্রগা লেমহৌরীবা ৱাহৈ পুম্নমক অহুমসুবা মী হাঈবা কাঙলুপসীগী মনুঙচল্লী ।

**খুদম :-** মহাক, মখোয়, মসী, মদু, ময়াম, কনা, করী অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** মথক্তা পীরীবা মীঙহুতকী ওয়বা ৱাহৈসীঙগীদা নতনা মালেমদা লৈরীবা লেঙলী পাল্লীবা পোত খুদীঙমক্কী মীঙ খঙনবা ৱাহৈসীঙ অসী অহুমসুবা মী (Third person) ওয়না লৌনৈ । হাঈবদী অহুমসুবা মীগী থাক্তা / কাঙলুপতা থম্বী ।

লোন অমগী মনুঙদা লৈরীবা ৱাহৈ কাঙলুপসীঙগী মনুঙদা মী (person) হাঈবসী য়াম্না মরু ওয় । মরমদী কাঙলুপসীঙগী মনুঙদা লৈরীবা/ য়াওরীবা ৱাহৈসীঙগী মসীঙ অসী য়াম্না য়ামদে । অদুবু মখোয়গী মথৌদী য়াম্না মরু ওয় । মীঙহুত ৱাহৈসীঙ অসী য়াওদ্রবদী / সীজনদ্রবদী লোনগী ফজবা, থোত নৌবগী মসক অদু মাঙগনী । মরম অসীনা তাঙকক অসীগী মনুঙদা লৈরীবা ৱাহৈসীঙ অসীগী সীজনফম মুন্না খঙগদবনী ।

# থৌপাঙ (Case)

থৌপাঙ (Case) হাঈবসীনা ৱাহৈ-পরেঙ অমগী মনুঙদা মৱু ওয়বা থৌদাঙ পাঙথোকঈ । ৱাহৈ পরেঙ অমগী মনুঙদা লৈরীবা / য়াওরীবা ৱাহৈসীঙদু অমগা অমগা ততনবা য়াদবা মরী লৈনৈ । অদুগুম্বা মরী অদুবু থৌপাঙ কৌঈ । খুদম :-

রাম লায়রীক পাঈ ।
মহাক কলেজ চতলী ।
অঙাঙসীঙ সান্নরী ।
অসীনচীঙবা ।

মথক্কী ৱাহৈ-পরেঙসীঙসীদা য়াওরীবা ৱাহৈসীঙ অসী অমগা অমগা ততনবা য়াদবা মরী লৈনৈ । হাঈরীবা মরী অসী লৈত্রবদী / য়াওদ্রবদী ৱাহৈ-পরেঙ ওয়বা ঙমদে । হাঈরীবা ৱাহৈ পরেঙ অসীগী মরক্তা ৱাহৈ অমগা অমগগী তাঈনবা মরী অসী মসক উবা নত্রগা উদবা য়াঈ । মতৌ অসুম্না থৌপাঙ হাঈবসীনা ৱাহৈ-পরেঙ অমগী মনুঙদা লৈরীবা ৱাহৈসীঙ অসী অমগা অমগা সমনহল্লী হাঈবদী মথৌ পাঙথোকঈ ।

থৌপাঙ (Case) হাঈবসীনা ৱাহৈ-পরেঙ অমদা পাঙথোকলীবা থবক-থৌপাঙ অদুগী মতুঙ-ঈন্না মখাগী অসুম্না মখল খাঈদোকপা য়াঈ-

(১) থৌবু (Nominative case)
(২) থৌরম (Objective case )
(৩) পান্থৈ ( Instumatal case)
(৪) তাফম (Dative case)
(৫) লাপথোক (Ablaive case)
(৬) মরী (Possessive case)
(৭) মফম (Locative case)

**(১) থৌবু :-** ৱাহৈ পরেঙ অমদা য়াওরীবা /থবক তৌরীবা ৱাহৈ অদুবু থৌবু কৌঈ । **খুদম :-**

গোপাল স্কুল চতলী ।
মখোয় লাইব্রীক পাঙ্গ ।
অঙাঙসীঙ সান্নবী ।

অসীনচীঙবা ।

মথক্কী ৱাহৈ-পরেঙসীঙসীদা মথঙসীতনা গোপাল, মখোয় অমসুঙ অঙাঙসীঙ হাঙ্গবসীনা চতলী, পাঙ্গ অমসুঙ সানরী হাঙ্গবা তাকঙ্গ। হাঙ্গবদী ৱাহৈ পরেঙসীঙ অসীগী থবকসীঙ অসী গোপাল, মখোয় অমসুঙ অঙাঙসীঙনা থৌবু (Nominative case) ওঙ্গদুনা পাঙথোকঙ্গ। মীতৈলোন্দা থৌবু ৱাহৈদা "না" তপ্পা / তপতবা য়াঙ্গ। "না" তপ্পগী খুদম : – গোপালনা লাঙ্গরীক পায় । চাওবনা সাঙ্গকল থৌঙ্গ।

(২) **থৌরম :** ৱাহৈ পরেঙ অমগী মনুঙদা থৌবুনা পাঙথোক্কদৌরীবা থবক মওঙ অদুবু থৌরম কৌঙ্গ। **খুদম :-**

রাম চাক চারী ।
থোয়বা চীথী ঙ্গ ।
আনল সাঙ্গকল থৌরী ।

অসীনচীঙবা ।

মথক্কী ৱাহৈ পরেঙসীঙসীদা থৌবুনা পাঙথোকলীবা হাঙ্গবদী চাক, চীথী অমসুঙ সাঙ্গকল অসী থৌরম (Objective case) নী । থৌরমদসু তু, দু, পু, বু তপ্পা য়াঙ্গ। **খুদম :-**

ঐনা মাবু খঙঙ্গ ।
নঙ মহাকপু কৌরকউ ।
লতা লাঙ্গরীকতু পুরকউ ।
মানা ৱারীদু পাঙ্গ ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** 'তু' অমসুঙ 'পু' অনী অসী হক ময়েক্কা লোয়ননা লাকঈ অদুনা 'দু' অমসুঙ 'বু' অনীসীনা নীঙসা ময়েক্কা লোয়ননা সীজনৈ।

**(৩) পাম্বে :** থৌবুনা করীগুম্বা থবক অমা পাঙথোকপদা মতেঙ ওয়না সীজনরীবা ব্রাহে অদুবু পাম্বে থৌপাঙ (instrumatal case) কৌঈ। পাম্বে থৌপাঙগী খুদম-'না' নী । মসীগী সীজনফম :-

মখোয় কলমনা লায়রীক ঈ ।
ঐখোয় সাঈকলনা চতলী ।
রাধা বসনা কলেজ চতলী ।

**খঙগদবা :** 'না' অসী থৌবু অমসুঙ পাম্বে থৌপাঙ অনীমক্তা সীজনৈ ।

**(৪) তাফম :** থৌবুনা পাঙথোকলীবা থবক অদুগী তুঙফম ওঈরীবর মওঙ অদুবু তাফম থৌপাঙ (dative case) কৌঈ । **খুদম :-**

লৈবাক্কীদমক থবক তৌ ।
মমানা মচাগীদমক ব্রায় ।
নহারোলসীঙনা জাতীগীদমক খনগদবনী ।
অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** তাফম থৌপাঙগী খুদম – কীদমক / গীদমক অনী লৈ । মখোয় অনীসী লাকফম তীন্নদে । 'কীদমক' হাঈবসীনা হক ময়েক্কা লোয়নৈ অদুগা 'গীদমক' অসীনা নীঙসা ময়েক্কা লোয়ন্না সীজন্নৈ ।

**(৫) লাপথোক :** মীতৈলোন্দা খাঈদোকপা নত্ত্রগা লৌথোকপা খঙনবা ব্রাহে অদুবু লাপথোক থৌপাঙ (Ablative case) কৌঈ ।

**খুদম :-** উদগী উনা কেল্লী ।
পুখ্রীদগী ঙা ফায় ।
মথক্তগী ব্রাদু পুরকউ । অসীনচীংবা ।

**খঙগদবা :** লাপথোক থৌপাঙগী ৱাতপ 'তগী' হাঙৈবা অসীগী অতোপ্পা মসক 'দগী' হাঙৈবা অমসু লৈ । মথক্কী খুদমসীঙদা য়েঙঙু ।

**(৬) মরী থৌপাঙ :** ৱাহৈ পরেঙ অমদা লৈরীবা ৱাহৈসীঙ অদুগী অমগা অমগা নকসন্নবা নত্রগা অমতগী হাঙৈবা খঙহনবা ৱাহৈ / ৱাতপ অদুবু মরী থৌপাঙ (Possassitive case) কৌই । **খুদম :-**

ঐগা মাগা মরুপনী ।
মহাক্কী মম্মা ওজানী ।
চাউবগী মপা চতলী ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** 'কা' অমসুঙ 'গা' অসীগী অতোপ্পা খোনথোক 'কী' অমসুঙ 'গী' লৈ । 'কা' অমসুঙ 'কী' হক-ময়েক্কা অদুগা 'গী' অমসুঙ 'গা' না নীঙসা ময়েক্কা লোয়ননা সীজন্নে । মথক্কী খুদমসী য়েঙঙু ।

**(৭) মপম থৌপাঙ :** ৱাহৈ পরেঙ অমগী মনুঙদা পাঙথোকলীবা / তৌরীবা থবক অদুগী ওঙৈফম ওঙৈরীবা অদুবু মফম থৌপাঙ (Locative Case) কৌই । **খুদম :-**

সীতা ফকতা ফম্মী ।
রাম স্কুলদা চতলী ।
ঐখোয় বসতা লাকঈ ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** মতাঙ অসীদসু 'তা' গী অতোপ্পা খোনথোক (Allophon) 'দা' লৈ ।

**<u>অতোপ্পা ৱাফম অমনা</u> :** লাঈরীকসীগী অঈবনা Vocation case পু থৌপাঙগী মখল অমা ওয়না লৌদে । মরমসীনা মসীগী মরমদা ঈদ্রে ।

# য়েকতীন (সনধী)

য়েকতীন হাঙ্গবসী ময়েক (খোনথোক) অনী ওয়বা মসক অদুবু খঙনৈ। মীতৈলোন্দা নৈন্নবসীঙনা য়েকতীনগী মফম অসী য়াম্না মরুওয়বা অমা ওয়না লৌনদে। অদুবু মসী খঙদবা / নৈন্নদবা য়াদবা মতাঙ অমনী। মরমদী য়েকতীন (সনধী) হাঙ্গবসী ৱাহৈ অনী নত্রগা ময়েক অনী পুনসীন্নবা মতমদা ওয়বা (হোঙলকপা) মসক অদুনী।

| | | | |
|---|---|---|---|
| **খুদম :-** | তাদা +অহল | = | তাধন (তাহন) |
| | তুরেল +মপাল | = | তোর্বান (তুরেনগী মপান) |
| | ঈনেম+অহল | = | ইনেমহল |
| | মাম্মা +অহল | = | মাম্মাঅহল/ মাম্মাহল |
| | তাদা + ঈবুঙঙো | = | তাঙ্গবুঙো |
| | চাউবা +অহল | = | চাউভল |
| | সীঙ +কৈ | = | সীঙগৈ |

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :** য়েকতীন (সনধী- Morpho-phonemic change) হাঙ্গবসীনা লোন অমগী খোনথোক / ৱাহৈদা ফজহনবা অমদী ঈকোনোমী (পীকসনবা) ওয়বা হেনহল্লী। মরম অসীনা মতাঙ চানা ৱাহৈ অনী পুনসীন্নরগা (য়েনতীন-তৌরগা) ঙাঙবা নত্রগা ঈবা হায়বসী তঙায়ফদবা অমনী। তৌবতদী মীতৈলোন অসী য়েকতীন য়াম্না তৌবা চতনবা লোন অমদী নততে। অদুম ওয়নমক মসীগী মসক অমসুঙ মখল খঙবদী ফৈ।

**য়েকতীনগী মখল :-** মীতৈলোন্দা য়েকতীন মখল অনী লৈ। মদুদী –

(ক) নীঙসা য়েকতীন (স্বর সনধী) (খ) হক য়েকতীন (বেনজন সনধী)।

মখল অনীসী মখাদা সমলপ্না নৈনরী।

**(ক) নীঙসা য়েকতীন :-** নীঙসা ময়েক অনী তীন্নবা /পুনবা অদুবু নীঙসা য়েকতীন কৌঈ। **খুদম :-**

ঈবাঈ +ঈবুঙো = ঈবাঈবুঙো
তাদা+ঈবুঙো = তাঈবুঙো
চাউবা+অহন = চাউভন
তাদা +অহল = তাহল অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :** নীঙসা য়েকতীন (স্বর সনধী) হাঈবসীদা নীঙসা ময়েক ঙাক্তা তীন্নরগা/পুনসীন্নরগ অতোপ্পা ময়েক অমা ওয়বা নত্রগা নীঙসা ময়েক অমা লৌথোকঈ। মথক্কী খুদমসীঙসী য়েঙঙু।

**(খ) হক য়েকতীন (বেনজন সন্ধী) :-** হক ময়েক অমগা নীঙসা ময়েক অমগা পুল্লগা নত্রগা হক ময়েক ঙাক্তা অনী পুল্লগা অতোপ্পা মসক (ময়েক) অমা ওয়বা অদুবু হক-য়েকতীন কৌই। **খুদম :-**

কত +চবা = কচ্চবা ( ত>চ)
তীন+চবা = তীনজবা (চ>জ)
লান+চবা = লানজবা (চ>জ)
অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা (১) :** হক ময়েক্কী পরেঙগী অহৌবা ময়েক অনী থঙননা লৈবা অদুগা অতোপ্পা ৱাহৈ পরেঙগী অহৌবদা লৈবা ময়েক অমা লাক্লবদী তীনসীন্নবা (সনধী তৌবা) মতমদা অহানবা ৱাহৈগী অকোনবা হক ময়েক অদু অকোনবা ৱাহৈগী অহানবা ময়েক অদুগা মান্নবা ওল্লী।

**খঙগদবা (২) :** অতোপ্পা মতাঙ অমদনা 'ন' না লোম্বা ৱাহৈগী মখাদা 'চ' না হৌবা ৱাহৈ অমা তীনসীনবা তারবদী 'চ' অদু 'জ' (চ>জ) ওল্লী। **খুদম :-**

মন +চরী = মনজরী, তান +চাবা = তানজাবা,
তীন +চবা = তীনজবা অসীনচীঙবা।

# ৱাতীন (সমাস)

ৱাহৈ অনী পুনসন্নবা অদুবু ৱাতীল (সমাস) কৌঈ। সম্না হাঈরবদা ৱাতীন হাঈবগী ৱাহলদী ৱাহৈ অনী নত্ত্রগা অহুম্না পুনসল্লগা পীকসনহনবা অদুবু ৱাতীন হাঈবনী। ৱাতীন অমদা য়ামদ্রবদা ৱাহৈ অনী পুনগদবনী।

| | | | |
|---|---|---|---|
| **খুদম :-** | নীঙথৌগী +মচা | = | নীঙথৌমচা (জা) |
| | মপুগী+মনাঈ | = | মপুমনাঈ |
| | মতৈগী+মনাও | = | মতৈমনাও |
| | মচেগী+মনাওপা<br>ময়াম্বগী+মনাওপী<br>(মচননুপী) | = | মচীনমৌপ্পা |

অসীনচীঙবা।

**খঙগদবা :** সঙসক্রীত লোন্দদী ৱাতীন (সমাস) অসী য়াম্না মরু ওয়। মসী হৈতবা মীনা সঙসক্রীত হৈবা ওয়থোকতে হাঈনা লৌনৈ। মরমসীনা সঙসক্রীত তম্বা / নৈনবা খুদীঙমক্লা ৱাতীনগী চতন-পথাপ লোয়নমক খঙবা তাঈ। অদুবু মীতৈলোন্দদী হাঈরীবা অকনবা ৱাফম অসীমক্তী লৈতে।

# য়েকতীন অমসুঙ ব্রাতীনগী খেন্নবা
# (সনধী অমসুঙ সমাস)

য়েকতীন (সনধী) অমসুঙ ব্রাতীন (সমাস) অনী অসী করী করীগুম্বা মতমদা য়াম্না মান্নবা য়াওঈ । অদুম ওঈনমক মথক্তসু ঈপ্রে, য়েকতীন হায়বসীনা খোনথোককী থাক্তা পুনবনী অদুগা ব্রাতীন হাঈবসীনা ব্রাহেংগী থাক্তা পুনসীনবনী । খোনথোক অনী নত্রগা ব্রাহে অনী পুনসীনবা/তীনসীনবা মতমদা খোনথোক্কী মসক হোংওবনা মরম ওঈদুনা ব্রাহেংগী মসকসু হোংওঈ / তোঙানলী । **খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| দেবা +ঈন্দ্রা | = | দেবেন্দ্রা |
| চন্দ্রা +ঈসোর | = | চন্দ্রেসোর |
| তুরেন+মপাল | = | তোর্বান |
| তাদা +অহল | = | তাধন |

অসীনচীঙবা ।

**য়েকতীন হাঈবসীনা ময়েক অনী পুনসীনবদুবু খঙনৈ অদুগা ব্রাতীন হাঈবসীনা ব্রাহে অনী পুনবসু খঙনৈ । করী-করীগুম্বা মতমদা ব্রাতীনদা ব্রাহেংগী মসক হোংওলকপসু য়াওঈ অদুগা হোংওদবসু য়াওঈ ।**

**খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| তাদা +ঈঙো | = | তাঈঙো |
| ঈচে +অহল | = | ঈচেহল |
| ঈবেম্মা +অহল | = | ঈবেমহল |

অসীনচীঙবা ।

# তোন

মীতৈলোন অসী তো(Tone) না মপুঙ ওয়বা **লোন অমনী** । মবমসীনা তোন হায়বদী খোনহাঙ্গী মান্নদবা **মতমদা অর্থসু মান্নদে।** সম্না হাঙ্গীরবদা মীতৈলোন ঙাঙবা / হাঙ্গীবা মতমদা **খোনহাঙ্গী (Tone) অসী য়াম্না চেকসনগদবনী। নত্রবদী অর্থ লান্না লৌথীদুনা পামদবা থৌদোক থোকপা নত্রগা ঈকাঙ্গীবা নঙবা য়াঙ্গী । খুদম :-**

**"ঈরোয় লোয়বা থোঙগান্দা চঙঙু ।" হাঙ্গীবা ঋাহৈপরেঙসী ঈরোয় পুনবা / লৈবা থোঙগান্দা চঙগদ্রা নত্রগা ঈকোন কোনবা / অরোয়বা থোঙগান্দা চঙগদ্রা – হাঙ্গীবসী খোনহাঙ্গীনা লেপকনী । অসুম্না মীতৈগী অহল-লমনসীঙবা লোনসীগী খোনহাঙ্গী (Tone) অসীবু য়াম্না লুনা খন্নরম্মী । খুদম :-**

**"ঈবুঙো" হাঙ্গীববুদী চৈবনা হেন্না ফৈ, হাঙ্গীনরীবসী খোনহাঙ্গী মওঙ অদুননী ।**

**অসুম্না খোনহাঙ্গীনা মপুঙ ওয়বা লোন অসীগী খোনহাঙ্গী (Tone) অসী মখল অহুম লৈ / সুঙ্গী হাঙ্গীনা অখঙ-অহৈসীঙনা মত পী । খোনহাঙ্গী মখল অহুম অদুদী - (১) হাঙ্গীগতপা (/), (২) ময়াঙ্গী ওঙ্গীবা (–) অমসুঙ (৩) নেমথবা (\) অসীনী । খুদম :-**

| / = হাঙ্গীগতপা | – = **ময়াঙ্গী** | \ = **নেমথবা** |
|---|---|---|
| চাবা | চাবা | চাবা |
| (চাক চাবা) | (সান্নবা) | (খোঙউপ চপ চাবা) |
| পাবা | পাবা | পাবা |
| (লাঙ্গীরীক পাবা) | (ঈপা) | (ফী পাবা) |
| তাবা | তাবা | তাবা |
| (মথকতগী তাবা) | (থৌরী তাবা) | (ঋারী তাবা) |
| | | অসীনচীঙবা । |

**তোনগী মতাঙ অসী কুপ্না খন্নবা / নৈনবা অমা চঙঈ ।**

# চৈখৈরোন

## (Punctuation)

লোন অমা ঙাঙবা নত্রগা ঈবা মতমদা ঙাঙলীবা / ঈরীবা মীদুগী ৱাখল অমসুঙ মফোংদোককী মতৃঙ ,ঈন্না তাঙকক নাঈনা লেপ্পা, ঙহাক লেপ্পা নত্রগা অহঙবা খঙহ্নবা, অঙকপা খঙনবা অসীনচীঙবা কয়া অসী ফোঙদোকনবগীদমক তোঙান-তোঙানবা খুদম কয়ামরুম সীজন্নে নত্রগা ঙাঙবগী খোনথোকতা অহোঙবা লৈ । মসীবু সকনাঈরবা - জে. সী. নেসফীল্দনা অসুম্না হায় - "Punctuation is a system of marks, by which a writer endeavours to show to the eye of the reader what, if he were speaking instead of writing, he would express by his voice".

অসুম্না অঈবা নত্রগা অঙাঙবা মীদুনা মাগী পুক্নীঙগী ৱাখল অদুবু তাঙকক নাঈনা থমনবা হোতনবা অদুবু চৈখৈরোন কৌঈ ।

১৯সুবা চহী চাগী অঙনবা সরুক ফাওবদী ভারতকী লোনসীঙদা চৈখৈরোনগী মরমদা কুপ্না খন্না-নৈনবা তৌরমদে । মরমসীনা চৈখৈরোনগী মনুঙদা লৈরীবা -

। (Full Stop), , (Comma) , - (Hyphen)

? (Sign of interrogation), ; (semi colon)

! (Sign of exclamation), " " ( Inverted comma),

( ), { }, [ ] (Bracket :- (colon and dash)

অসী মরুওঈনা অঈবা লাঈরীকসীঙদা সীজন্নবমদে । অদুবু নোঙচুপলোমগী মহৈ মসীঙ-তম্নরকপদগীদী পীরীবা চৈখৈরোনগী খুদমসীঙসী ভারতকী লোনসীঙদা সীজন্নবা হৌরকখী । মনীপুরগীসু

অঙনবা মতমদদী মথক্তা ঈরীবা খুদমসীঙ অসী সীজন্নরমদে । মনীপুরদা নোঙচুপকী সীকসা পথাপ চতনরকপদগী হাঈরীবা খুদমসীঙসী সীজন্নবা/ ঈন্নবা হৌরকখী ।

মীতৈলোন্দা হৌজীক-হৌজীক য়াম্না তোয়না সীজন্নরীবা চৈখৈরোনগী ওয়বা খুদমসীঙ মখাদা পীরী :-

| | | |
|---|---|---|
| । | - | (চৈখৈ = Full Stop) |
| ; | - | (ঙহাক লেপ্পা = Semi colon) |
| , | - | (অমা লৌকোত = comma) |
| ? | - | (অহঙ খুদম Sign of Interrogation) |
| ! | - | (অঙক খুদম = Sign if exclamation) |
| ▬ | - | (মরক খুদম = Hyphen ) |
| “ ” | - | (অনী লৌকোত = Inverted comma ) |
| ( ) { } [ ] | - | (অমা ব্রাচপ, অনীব্রাচপ, অহুমব্রাচপ = 1st bracket, 2nd bracket, 3rd bracket) |
| / | - | (চৈপৈ = Oblique) |
| ✓ | - | (চুমখঙ = Tick Mark) |
| * | - | (থবা খুদম = Star mark) |
| → | - | (তেনজৈ খুদম = Arrow mark) |
| ..... | - | (লৈরিক খুদম = incomplete mark) |

অসিনচিংবা ।

মথক্তা পীরীবা খুদমসীঙসী মীতৈলোন্দ মবু ওয়না বাঙলা ময়েক্না ঈবা - ব্রারেঙ, সৈরেঙনচীঙবা লাঈরীকসীঙদা সীজন্নে । মরমসীনা মখোয়সীঙসীগী সীজন্নফম (হাপফম) অদু মখাদা পীরী :-

। – চৈখৈ অসী ব্রাহৈ পরেঙ অমগী অরোঈবদা থম্মী । মসী

(।) থন্নবদী বাহায় অদু মপুঙ ফারে হাঙ্গনা খঙনে ।
খুদম:- অঙাঙসীঙ লমপাকতা বোল সানরী । মখোয় হয়েঙ দীল্লীদগী ল্যাক্নী । চাউবা লমচত ফজবা নুপামচানী । অসীনচীঙবা ।

; – (ঙহাক লেপ) খুদমসী বাহায় অমগী মপুঙ ফাদ্রীবা অদুগা ঙাহাক্তঙ লেপ্লা নত্রগা মখা তারক্কদবা বাঙাঙ অদু হেন্না ময়েক সেঙহন্নবা ঈবা মতমদা সীজন্নে ।
খুদম :- থোঙ্গবনা এম. এ; পী. ঐচ. দী. ফাওবা তমলে । মহাক অফবা মী অমনী ; অদুবু লৈবদী য়াম্না লৈতে । অসীনচীঙবা ।

, - (অমা লৌকোত) বাহৈপরেঙ অমদা মান্নবা থাক্কী বাহৈ অনী থঙন থঙননা য়াওরবদী অহানবা বাহৈদা অমা লৌকোত থমগনী । খুদম :- সীতা, লতা অমসুঙ থোঙ্গনু সানরী । গোপাল, মোহোন অমসুঙ চাউভল চতখ্রে । অসীনচীঙবা ।

? – করীগুম্বা বাহৈ পরেঙ অমগী অরোঙ্গবদা ?(Sign of Interrogation) অসী থন্নবদী / লৈরবদী বাহৈ পরেঙ অদু অহঙবা খঙনবা বাহৈ পরেঙনী হায়না লৌনে । খুদম (?) অসী ঈবা নত্রগা পাবা মতমদা অহঙবনী হায়বদু খঙননবা সীজন্নে । খুদম :-

মখোয় লাকলব্রা ?
ঐহাক চতপা য়ারব্রা ?
রাধা লাক্কে হায়ব্রা ?

অসীনচীংবা ।

খঙগদবা : মীতৈলোনগী অহঙবা খঙনবা বাহৈ পরেঙসীঙগী অরোয়বদা -রা, লা, তপ্পা নত্রগা খোনহায় হোঙদুনা হাঙ্গবা চতনৈ।

! – ꯕাহৈ পরেঙ অমগী অরোইবদা !(Sign of Exclamation) অসী লৈরবদী/ইরবদী ꯕাহৈ পরেঙ অদু অঙকপা খঙনৈ ।

খুদম :- মসী কয়াদা ফজগ্রবনো
অরে ! মহাক চতখ্রে হায়রবা !
নুঙঙাইরেদা ! মহাক লাকলে তাবদা ।
অসীনচীঙবা ।

খঙগদবা : খুদম (!) অসী অঙকপা, হরাওবা, অৱাবা, তুককচবা ꯕাহৈ অসী ꯕাহৈপরেঙগী অরোয়বদা ইনৈ ।

ꯕাহৈ অনী তাইনবা নত্ত্রগা ꯕাহৈ হন্না -হন্না হায়বা / ইবা মতমদা মরক খুদম (Hyphen) অসী সীজনৈ । খুদম : -

কনা-কনাগুম্বা মীদী মসী পামমী । করী-করীগুম্বা মতমদা মসী থোকই । নচীন-ননাও হয়েঙ লাকউ ।

অসীনচীঙবা ।

অতোপ্পা খুদম খরা -

Vice-Chancellor
Ex-Soldier
Non-cooperation
Vice-Principal
Vice-President

অসীনচীঙবা ।

খঙগদবা : মীতৈলোনগী ওইবা ꯕাহৈ খরদী অনীরক হন্না ইবা মতমদা মরক খুদম অসী সীজন্নবগা লোয়ননা ꯕাহৈ অদু ময়াম সীঙতাক (Plural Number) ওই ।

“ ” খুদম অসী ( “ ”) কনাগুম্বা মী অমনা হায়বা / ঙাঙবা ꯕাহায় নত্ত্রগা করীগুম্বা লাইরীক অমদগী খুদম লৌথোকপদা খুদম (Inverted comma ) অসী সীজন্নৈ । খুদম :-

কবী চাওবনা হায় - " লাঈররবী ঈরোলনী খঙদবনা হায়বনী ।"

কবী কমলনা হায় - " স্বার্থ ত্যাগকী মসক খঙগে হায়বদী নোঙচুপকী অৱাঙবা চীঙদোল অসী কাদুনা য়েঙবা তাঈ ।"

মহা কবী অঙাঙহলনা হায় - " ফৈজাগী খুদৈ অদুদা মখুত তৈথোক্লে চঙথীদুনা লৈপন মনাক্তা হৌরীবা চীগোঙ লৈ অদু হেক হেকতুনা মনাদা খরা থেতচীল্লে, সমজীদা খরা, মখুত্তা খরা পায়সীল্লে । "

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** অনী লৌকোত অসী - লাঈরীক, অঙ্গবা মীগী মমীঙ, পাওচে, ৱারেঙ-সৈরেঙগী মীঙথোলনচীঙবা লৌথোকপা মতমদসু সীজন্নে ।

( ), { }, [ ] - করীগুম্বা ৱাফম অমা ঈরকপা / নৈন্নরকপা মতমদা হেন্না ময়েক সেঙহন্নবগীদমক লৌকোতসীঙসী সীজন্নে ।

**খুদম :-**

ৱারু (Root), থৌতাক (Verb), মরক খুদম (Hyphen) অসীনচীঙবা ।

* (থবা খুদম) অসী করীগুম্বা ৱাহৈ ময়াম , মীঙ ময়াক, ৱাহঙ ময়াম অমা লৈবগী মরক্তুগী খরা হেন্না মরুওঈবনী হাঈবা খঙহন্নবা সীজন্নে। **খুদম :-**

* মহাক মোঈরাঙ থোঈবীগুম ফজৈ ।
* চন্দ্রা জুধীসথীরগুম পুকচেন সেংঈ ।
* মপা নীঙবা ভীসম্মানী মাদী ।

অসীনচীঙবা ।

→ - (তেনজৈ খুদম) অসী করীগুম্বা পোত অমা থীনদুনা তাকপা মতমদা সীজনৈ ।

**খুদম :-**

মসী কমলানী → 

উচেক পাঙৈরী → 

মন্দীর অসী য়েঙউ → 

অসীনচীঙবা ।

..... - (লৈরীক খুদম) অসী করীগুম্বা ৱাহৈ পরেঙ অমা ঈরকপা মতমদা নত্রগা পাবা মতমদা হায়নীঙদবা সরুক অদুনা লৈরীক খুদম (.....) অসী সীজনৈ ।

**খুদম :-**

মহাক ঙরাঙ ..... । ( লৈখীদরে )

নোঙখোল হয়েঙ ..... (কলতাদগী) লাক্কনী ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** মনীপুরী সাহীত্যদা অহানবা ৱাতপ (1st Bracket ) অসী সীজন্নে অদুগা অঙকপগুম্বদদী অনী ৱাতপ (2nd Bracket) অমসুঙ অহুম ৱাতপ (3rd Bracket) অসী সীজন্নে ।

/ - (চৈপৈ) সী করীগুম্বা ৱাহৈ অমা ঈবা মতমদা মদুগা মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈ অমা লৈরবদী চৈপৈ পী । খুদম :-

ৱাহৈ / লোন , হৈবা/খঙবা হাঙৈবসী হৌজীক্কী মতমদা য়াম্না মরুওঈ ।

মীতৈলোন নভ্ভবা অতোপ্পা লোন বাঙলা/ হীন্দী হৈবা তঙাঈফদে ।

গোপাল / থোয়বা কৌরকউ । অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** চৈপৈ (/) অসী করী করীগুম্বা মতমদা মহুত সীনবা ৱাহৈ নত্ত্রগা / ওঈনা সীজনবসু য়াওঈ ।

✓ (চুঙখঙ) খুদম অসী ময়াম লৈবা মরক্তুগী অচুম্বা খনদোকপদা সীজন্নে ।

**খুদম:** -

ঙা, ফা, লা, গা, পা, ভা অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** লৈরীক খুদম অসী তোঙান তোঙানবা মফম মতম কয়াদা সীজন্নে । খুদম ওঈনা কনাগুম্বা অচৌ অশাঙ নত্ত্রগা অফাওবা অঈবা অমনা হাঈরম্বা ৱা খবা ঈবকপা মতমদা মতাঙগা চান্নদে নত্ত্রগা কাওখীবদগী ওঈববসু হাঈবীবা খুদম অসী থমনৈ ।

# খোয়দোক্কপা খরা

## (Some Distinctive Features)

মীতৈলোন্দা ময়াম্না য়াম্না তোঙনা ঙাঙবা/ঈনবা মতমদা লানগনবা ৱাহৈ-পরেং খরা লৈ । **খুদম :-**

ঐহাক সম ককপা চতলী ।
সন তত্তুনা লৌ চারে ।
নহাক ফীসী খবা ঈসতী তকলুচো ।

অসীনচীঙবা ।

মথক্তা ঈরীবা ৱাহৈ পরেঙসীঙসী লোনমীত লোনগী মীতয়েঙদা য়েঙলবদী লাল্লি । মখোয়গী মচুম্বা মসকতী মখাগী অসুম্না ওয়গনী ।

**খুদম :-(১)**

ঐহাক সম ককহনবা চতলী ।
থৌরী ততত্তুনা সননা লৌ চারে ।
নহাক ফীসী ঈসতী তকহল্লুচো ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** মথক্কী খুদম ১গী ৱাহৈপরেঙসীঙ অসীগুম্বা ৱাহৈ-পরেঙ নত্রগা ৱাহৈ লান্না ঙাঙবা/ঈবা অসীনা লোনগী থাক (Standard) নেম্মী হায়না লৌগনী অদুগা খুদম (২) গী মওঙ অসীদা চুম্না ঙাঙবা/ঈবা তৌরবদী হেন্না ফৈ । মরমসীনা মীতৈলোন অসী তম্বা/তম্বীবা মতমদা অসীগুম্বা য়াম্না লানগনবা নত্রগা লান্না ঙাঙনবা (Common error) অসী থোকতনবা তমগনী/তম্বীগনী ।

১। মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা লৈরীবা/য়াওরীবা ৱাহৈ খরদী মসক (Form) অমতা ওয়রবসু লৈফমগী মতুঙঈন্না অর্থ (Meaning) অমসুঙ মথৌ (Function) তোঙান-তোঙাল্লী । **খুদম :-**

| **Subject** | **Verb** |
|---|---|
| ফৌ | ফৌ। |
| লৈ | লৈ। |
| তৈ | তৈ। |
| উঙ্গ | উঙ্গ। |
| থাও | থাও। |
| পাও | পাও। |
| কাও | কাও। |
| তাও | তাও। |
| কাঙ্গ | কাঙ্গ। |
| সাঙ্গ | সাঙ্গ। |
| ৱাঙ্গ | ৱাঙ্গ। |
| তাঙ্গ | তাঙ্গ। |
| লাঙ্গ | লাঙ্গ। |
| লৌ | লৌ। |
| পাঙ্গ | পাঙ্গ। |
| ঙাঙ্গ | ঙাঙ্গ। |

অসীনচীঙবা ।

মথক্কী খুদমসীঙসী ৱাহৈ-পবেং অম্মমনী । ৱাহৈগী মসক (Subject অমসুঙ verb তা লৈবীবা) মান্নে । অদুবু লৈফম খেন্নবগী অর্থ অমসুঙ মথৌদা মান্নদে । অনীসী অহানবনা Subject অদুগা অনীসুবনা Predicate নী । মীতৈলোনগী অসীগুম্বা মওঙ অসী য়াম্না তোপ-তোপ্পা মওঙ অমনী ।

২। মীতৈলোনগী ৱাহৈ-পুকৈদা য়াওরীবা/লৈরীবা ৱাহৈসীঙগী মনুঙদা ৱাহৈ খবদী (মসীঙ যামদে) অনীবক হন্না হাঙ্গরগা ময়াম সীঙতাক (Plural Number) ওঙ্গ । খুদম :-

করী-করী পাম্মী ।
কনা-কনা চতলী ।
কদায়-কদায় লৈ ?
খরা-খরা চাও ।
চানা-চানা চতকনু ।
পুন্না-পুন্না লৈয়ু ।
ফানা-ফানা থমগনু ।
পানা-পানা সোয়য়ু ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** ৱাহৈ অমনা অনীরক হন্না-হাঙ্গবা মওঙসীবু Reduplicate হাঙ্গনসু খঙনৈ । মরমসীনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা লৈরীবা ৱাহৈসীঙগী মনুঙদা অনীরক হন্না হাঙ্গবা অমসুঙ মসীগী মওঙ মতৌ অসী য়েঙলগা তোঙানবা তাক্কক অমা ওঙ্গনা নৈনবা য়াঙ্গ ।

৩। মীতৈলোনগী ৱাহৈদা ওঙ্গদবা/তৌদবা খঙনবা ৱাহৈ (Negative+Negative) অনী পুল্লগা ওঙ্গবা/তৌবা (Positive) খঙনৈ।

**খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| চাদবা য়াদে | - | চাও হাঙ্গবা |
| চততবা য়াদে | - | চতলু হাঙ্গবা |
| লকতবা য়াদে | - | লাকউ হাঙ্গবা |
| ঙাঙ্গরমদবা য়াদে | - | ঙাঙ্গয়ু হাঙ্গবা |
| পাদবা য়াদে | - | পাও হাঙ্গবা |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** মথক্কী ৱাফম অসী ৱাহৈ-পরেঙগী মতাঙদসু সন্দোক্লা নৈনখ্রে ।

৪। মীতৈলোনগী ৱাহৈদা তৌবা/ওয়বা খঙনবা ৱাহৈ অনী (Positive + Positive) পুল্লগা তৌদবা /ওয়দবা (Negative) ওয়না খঙনৈ। **খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| চতলু-চতলু | - | চতকনু হাঙবা |
| পাও-পাও | - | পাগনু হাঙবা |
| লাকউ -লাকউ | - | লাক্কনু হাঙবা |
| তৌ-তৌ | - | তৌগনু হাঙবা |
| চাও-চাও | - | চাগনু হাঙবা |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** মথক্কী ৱাহৈসীঙ অসী কনাগুম্বনা ৱাহাঙ/খোনহাঙ (Tone) গী মতুঙঈন্না অর্থ হোঙবনী/তোঙানবনী হাঙনা লৌবসু য়াওঈ।

৫। মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা য়াওবা/লৈবা ৱাহৈ খরদী মতাঙগী মতুঙঈন্না তায়োন্নবা (Opposite) অর্থ পী । **খুদম :-**

| | | |
|---|---|---|
| কঙবা | - | পুক কঙবা (চাওথোকপা) |
| কঙবা | - | য়াঙ কঙবা (পীকসনবা) |
| তাঙবা | - | ফৌ তাঙবা (য়োনবা) |
| তাঙবা | - | থুম তাঙবা (লৈবা) |
| থীনা | - | থীনা ফজৈ (হেন্না ফজবা) |
| থীনা | - | মসক থীবা (ফজদবা) |
| ফাবা | - | সম ফাবা (চায়থোকপা) |
| ফাবা | - | সম ফাবা (পুনসীনবা) |
| তেম্বা | - | মচীন তুমহনবা |
| তেম্বা | - | ৱাচেত তেম্বা (মচীন তুমবা) |
| তেম্বা | - | লৈতেম মান্নহনবা |

অসীনচীঙবা ।

# ৱাহন য়াম্বা ৱাহৈ (অর্থ)
## (Homonyms)

মী তৈলোন্দা ৱাহন (অর্থ) য়াম্বা/তোন লৈবা ৱাহৈ খরা লৈ। মখোয়সী তোঙান-তোঙানবা মফম-মতম খঙনা সীজন্নগদবনী। অদু নত্রবদী হাঙ্গনীঙলীবা ৱাহাঙ্গ অদুগী মপাঙগল ৱাতকনী নত্রগা মীমাঙদা চোপ্পা নত্রগা ঈকায়বা নঙবা য়াওবসু য়াঙ্গ। মরমসীনা অর্থ য়াম্বা (Homonym) ৱাহৈ খরা মখাদা খুদম ওয়না পীরী :-

কাবা - ঙাকাবা - লৌবদা কাবা, ঈসীঙদা কাবা

কাবা - ময়া কাবা - ঙাওসীন্নবা, নোকক্রেম হায়গেনবা।

কাবা - উচন চান্নদবা, কাবা

কাবা - উ মথক্তা কাবা

অসীনচীঙবা।

চাবা - চাক চাবা

চাবা - ঙা চাবা - সান্নবা

চাবা - অঙাঙসীঙ চাবা- সান্নবা

চাবা - ঈসীঙ চাবা, ঈসীঙ সোকফম

চাবা - ফী চাবা, লনবা, পাবা, চপ-চাবা

চাবা - উচন চাবা চপ চানবা

অসীনচীঙবা।

তাবা - ঈসৈ তাবা, পাও তাবা

তাবা - উদগী তাবা - ওনথবা

তাবা - ঈসীঙ তাবা- ঈসীঙ লাকপা

তাবা - নোঙ তাবা

তাবা - থৌরী তাবা

অসীনচীঙবা।

পাবা - লাঙ্গরীক পাবা, পাও পাবা

পাবা - পাব (অপোকপা ঈপা)

পাবা - চক্ষু পাবা (চবোন পাথবা)
পাবা - মসা পাবা, য়াঙ কঙবা
পাবা - পাবা, লম্বা পাবা অসীনচীঙবা ।

লৈবা - পোত লৈবা
লৈবা - পৈসা লৈবা (ঈনাক খুনবা)
লৈবা - মনা লৈবা, না লৈবা
লৈবা - য়ুমদা লৈবা
লৈবা - উরু - উরু লৈবা অসীনচীঙবা ।

হাঙ্গবা - পাও হাঙ্গবা
হাঙ্গবা - লাঙ্গরীক হাঙ্গবা, থীবা
হাঙ্গবা - ধুত হাঙ্গবা
হাঙ্গবা - ফী হাঙ্গবা - সুবা/সেবা
হাঙ্গবা - বা হাঙ্গবা
হাঙ্গবা - নুপী হাঙ্গবা অসীনচীঙবা ।

ফাবা - ঙা ফাব
ফাবা - পরা ফাবা
ফাবা - সম ফাবা (চায়থোকপা)
ফাবা - সম ফাবা (পুনসীনবা) অসীনচীঙবা ।

তাঙ্গবা - ফৌ তাঙ্গবা (য়োনবা)
তাঙ্গবা - থুম তাঙ্গবা (লৈবা)
তাঙ্গবা - ফী তাঙ্গবা (ফোতপা) অসীনচীঙবা ।

তেম্বা - মচীন তুম্বা
তেম্বা - বা তেম্বা
তেম্বা - লৈতেম মান্নহনবা অসীনচীঙবা ।

# মান্নবা ৱাহৈ

## (Synonyms)

ৱাহন (অর্থ) অমগী মান্নবা ৱাহৈ অনী নত্ত্রগা অনীদগী হেন্না লৈবা অদুবু মান্নবা ৱাহৈ (Synonyms) কৌঈ/হাঈনা খঙনৈ। **খুদম:-**

| | | |
|---|---|---|
| ঈসীঙ | - | লাঈজা, তরঙ |
| চাক | - | লুক, তরা |
| মী | - | পোঙ, তাঈবং, নমু |
| য়ুম | - | মোঙবা, সঙগাঈ |
| উ | - | তলা, পালেন |
| মীঙ | - | কোলোয, য়াৱা |
| লম | - | লমদম, লমলেন |
| ফজবা | - | নীথীবা, হেনবা, চঙখোনবা |
| ঙা | - | লেমলৈ, হেনবা, চঙখোনবা |
| হৈ | - | তাউজিঙ, হৈরাঙ |
| নুপী | - | নুজা, চনু, নীঙঙোল, মৌ |
| নুপা | - | পাখঙ, পীবা, তম্বা ম্যাঙ্গা |

**খঙগদবা :-** মথক্তা পীবীবা ৱাহৈসীঙ অসী - অনৌবা অরীবা নত্ত্রগা নীঙথৌজা, খুমন, লুৱাঙ, মোঈরাঙনচীঙবা কাঙলুপসীঙ (মতম অমদা নীঙথৌ পান্দুনা লৈরম্ম) অসীগী ৱাহৈসীঙনী হাঈনা খনবসু য়াঈ। অদুবু হৌজিক্কী মীতৈ (মী + অতৈ) হাঈবা কাঙলুপসীগী অপুনবা লন ওঈরে। মরমসীনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা যাওবীবা/লৈরীবা ৱাহৈনী। মরম অসীনা মান্নবা ৱাহৈগী চতনবী অসীসু খঙদবনী।

# তায়োন্নবা ৱাহৈ

## (Antonyms)

ৱাহৈ অমগী অর্থ অদুগী ওন্নবদা/ মান্নদবা ৱাহৈ কযামরুমসু মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা লৈরী সীজন্নরী। **খুদম :-**

| | | | |
|---|---|---|---|
| (ক) | কনবা | - | সোনবা |
| | ৱাঙবা | - | নেম্বা |
| | চাউবা | - | পীকপা |
| | সাঙবা | - | তেনবা |
| | সাবা | - | ঈঙবা/ শিদোকপা |
| | পাকপা | - | পীকপা |
| | হৌবা | - | লোয়বা |
| | চতপা | - | লাকপা |
| | লৌবা | - | পীবা |
| | নুঙসীবা | - | য়েকনবা |
| | মথক | - | মখা |
| | নীঙঙোল | - | পীবা |

অসীনচীঙবা ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| (খ) | ফবা | - | ফততবা |
| | পাকপা | - | পাকতবা |
| | লানবা | - | লানদবা |
| | চতপা | - | চততবা |
| | কৌবা | - | কৌদবা |

| | | |
|---|---|---|
| চাউবা | - | চাউদবা |
| পীকপা | - | পীকতবা |
| সাঙবা | - | সাঙদবা |
| ঙাঙবা | - | ঙাঙদবা |
| ঙৌবা | - | ঙাঙদবা |
| চাবা | - | চাদবা |
| ঈবা | - | ঈদবা |

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :-** মথক্তা পীরীবা (ক) অমসুঙ (খ) গী মপাদা ঈরীবসী বাহন মান্নদে । অঙ্গবগী পানদমদী "ক" গী মপাদা ঈবীবা মওঙ অসীনী । মসী খঙবনা মীতৈলোন ফজনা ঙাঙবা /ঈবা হেনগনী ।

মবম অসীনা মীতৈলোন তম্বা নত্রগা তম্বীবা, মতমদা ৱাহৈসীঙসী মফম চানা-চানা সীজন্নবা তম্বা/তম্বা ফৈ ।

**ৱাহৈ ময়ামগী মহুততা ৱাহৈ সীজন্নবা :-**

পুক্নীঙগী অনীঙবা অমদী অপাম্বা ময়াম অদু ফোঙদোক্লবা হোতনবদা ৱাহৈ ময়াম সীজন্নবগী মহুত্তা ৱাহৈ খরদা নত্রগা অমতঙ সীজন্নবনা মফম-মতমগী কান্নবা (Economy)হেল্লী । মসীনা চুম্না কান্নবদা নততনা ফোঙদোকনীঙলীবা ৱাফম অদুসু মপাঙগল লৈনা হাঙ্গবা হেল্লী । মবমসীনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুকৈদা সীজন্নবীবা/য়াওরীবা বাহৈ ময়ামগী মহুততা অমনা নত্রগা অনীনা সীনবা য়াবা ৱাহৈ খবা মখাদা ঈবী:

"অ"

অনী সাদোকপদা চপ-চাবা মসীঙ = তুমাসুবা

অনী-অনী সাদোকপদা চপ-চাদবা মসীঙ = তুমাসুদবা

অরাম-খৌরাঙবা = ঈখৌলাঙবা

অসীনচীঙবা ।

**"ঈ"**

| | | |
|---|---|---|
| ঈসীঙ ফঙদবা মফম | - | লৈকঙলা |
| ঈসৈ সকপা নুপা | - | সৈসকপা |
| ঈসৈ সকপী নুপী | - | সৈসকপী |
| ঈসৈ ঈবা নুপা | - | সৈরাঙবা |
| ঈসৈ ঈবা নুপী | - | সৈরাঙবী |
| ঈচে অহল | - | ঈচেহল |

**"উ"**

| | | |
|---|---|---|
| উ-ৱা ময়াম হৌবা মফম | - | উমঙ |
| উসা/য়াম্না লোঙবা মফম | - | কারোঙ |

**"ও"**

| | | |
|---|---|---|
| ওয়গী লমদাঙ | - | নুপী |
| ওয়নাম নুবা | - | ওয়নাম্বা |
| ওয়নাম নুপী | - | ওয়নাম্বী |

**"ক"**

| | | |
|---|---|---|
| কাঙজৈ সান্নবা মী | - | কাঙজৈরোয় |
| কাঙজম নুপা | - | কাঙজাম্বা |
| কাঙজম নুপী | - | কাঙজাম্বী |

**"ঙ"**

| | | |
|---|---|---|
| ঙাফাবা/য়োকপা নুপা/নুপী | - | ঙামী |
| ঙারীয়ানবম নুপা | - | ঙারীয়াম্বা |
| ঙারীয়ানবম নুপী | - | ঙারি |

"ত"

তাদা অহল - তাহন/তাধন

তুরেল মপান - তোর্বান

তুঙদা চতপা - তুঙঈনবা

তৌবা ঙমলোয়দবা - তৌঙমদবা

তৌবা হৌনদবা - তৌহৈদবা

"থ"

নুপী সীখ্রবা নুপা - পাখ্রা

নুপা সীখ্রবা নুপী - লুখ্রা

নোঙ য়াম্না চুবা মতম - নোঙজুথা

নুঙসা য়াম্না সাবা মতম - কালেনথা

"প"

পুঙতাবা মতম - পুঙজা

পোঙগী হৈ - পুঙধোন

পুঙ য়ানবা নুপা - পুঙয়ানবা

"ফ"

ফম অচৌবা পায়বা মী নুপা - ফমনাঈবা

ফম অচৌবা পায়বা মী নুপী - ফমনাঈবী

ফম অচৌবা/অৱাঙবা কাবা - ফমথোল

ফততবা মী - মীফততা

ফৈরোয়জমগী নুপা - ফৈরোয়জাম্বা

"ম"

মীগী মপোত মচৈ পাম্বা - মীতাবা

ময়ামগী মকোক ওঈবা - লুচীঙবা

ময়ামগী মকোক ওঈবী - লুচীঙবী

মান্নবা কাঙলুপকী অনী লৈবা/পোকপা = ফ’ঙ্গৈবোক

“ল”

| | | |
|---|---|---|
| লৌ উবা মী | - | লৌমী |
| লৌ পান্নবা মী | - | লৌরুঙহনবা |
| লোঙজমগী নুপা | - | লোঙজাম্বা |

“ৰ”

| | | |
|---|---|---|
| য়ান্নবা হাঙ্গৈজবা/হোতনবা | - | ৰানোম্বা |
| য়ান্নবা হাঙ্গৈজবা/হোতনবী | - | ৰানোম্বী |

“স”

| | | |
|---|---|---|
| সন অমোম ময়াঙ্গৈ ওঙ্গৈরপ চাওবী | - | হাতম |
| সেন য়াম্না পাঙ্গৈবা মী | - | ঙ্গৈনাক খুনবা/মী |
| সপাম নুপা | - | সাপ্পা |
| সাপম নুপী | - | সাপ্পী |

“হ”

| | | |
|---|---|---|
| হী হোনবা | - | হীবোয় |
| হী হোনবা নুপা | - | হীহোনবা |
| হী হোনবা নুপী | - | হীহোনবী |

অসীনচীংবা

# পাউখোঙ, পানথৈ (প্রমান) অমসুঙ পাউরৌ

মীতৈলোন্দা পাউখোঙ, পানথৈ (প্রমান) অমসুঙ পাউরৌ অসী করম্বা মতম নত্রগা মীরোলগী হাকুতগী/মতমদগী লমদমসীদা সীজনবা হৌখীবগে হাঙ্গবা চপ-চানা খঙবা ঙমদে। ঈহান হান্না পাউখোঙ চনখীবা নত্রগা পানথৈ হায়বা / পাউরৌ তৌবা মীসক অদু কনানো ? মীয়াম্না ৱাফমসীঙ অসী খঙনীঙলীবা ৱাহঙনী। অদুম ওঈনমক লমদমসীদা মীতৈসীঙনা খুনদা লৈতারকঙৈদগী ঙাঙনরকপা লোনসী মীতৈলোননী হাঙ্গনা থাজনৈ। মরমসীনা মীতৈলোনগী লৈতেঙ ওঈনা নত্রগা অরুবা ৱাফম কয়া প্রমান তৌদুনা, পাউখোঙ চনদুনা নত্রগা পাউরৌ ওঈনা হাঙ্গনবগী মসক অমা মীতৈলোনগী ৱাহে পুকৈদা য়াওরী।

মীওঈবনা ৱা ঙাঙবা হৈরকপদগী খরা চাউখৎলকতুনা ঈবা পাবা হৈরকঙৈদগী - পাউখোঙ, পানথৈ (প্রমান) অমসুঙ পাউরৌ অসীসু অঙ্গবা সাহিত্যগী মচন অমা ওইরকখী। মসীগী খুদম অরীবা মীতৈগী লাঈরীকসীঙদা মরাঙ কাঈনা ফঙঈ। কনাগুম্বা মী অমা নত্রগা পোত অমগী অফ-ফত্ত নত্রগা মথৌনা মরীঙজেনগী মরমদা চাঙয়েঙ তৌবা, মান্নবা নত্রগা খেন্নবা, হৌগ্রবা থৌদোক ৱাথোক অমবু নৌহৌননা নীঙসঙহন্নবগীদমক পাউখোঙ, পানথৈ অমসুঙ পাউরৌ সীজন্নে। হাঈরীবা মখল অহুম অসী মখাদা মথঙ মথঙ ঈরী।

## পাউখোঙ

**পাউখোঙ :-** মসী মীওঈবগী মরক্তা পাঈরক্কী ওঈবা লৌসীঙ চাঙয়েঙ তৌবদা, পোথাবদা, মতম লেনবদা সীজন্নবা ৱাহৈনী। পাউখোঙ হাঈবসীনা খঙহল্লীবদী – করীগুম্বা ৱাফম, থৌদোক অমবু লোতসীন্দুনা থমলগা ঙাঙবা/হাঈবা ৱাহাঈ, অতেনবা ৱাহঙগী মওঙ অমনী।

পাউখোঙ চনবা মতমদা পাউখোঙ তাবীবা মীদুবু নুঙগী ওঈবা ৱাবোন্না হেন্না য়ামহনবসীনা পাউখোঙগী পান্দম্নী । পাউখোঙ হাযবসী মহৌসানা চীনবুঙদা ৱাহৈনা ফোঙদোক্লে । মসী খঙদবা পাউখুম ফঙনবা হোতনবা ৱাহঙগী মওঙনী । পাউখোঙ চনবা মতমদা অহল, নহা, নুপা, নুপী খুদীঙমক লোয়না য়াওবা/লৈবা যাঈ । পাউখোঙ অসী খুন্নাঈ অমগী লাঈনীঙ-লাঈসোনগা থোযনা নক্লবা মবী লৈন্নদে । চুম্না ঙাঈহাক পোথাবদা নুঙাঈনবা, পুক্নীঙ লৌসীঙ চাঙয়েঙনবা নত্রগা মতম লেনবা ওঈনা চন্নবা/সীজন্ননবা পাম্বে মখল অমনী ।

মীতৈ লৈবাক্তা অঙনবা মতমদগী পাউখোঙ সীজন্নবকপগী খুদম ফঙঈ । মীতৈসীঙনা মবুওঈনা পাউখোঙ অসী পোথাবা, সীন্নাঈফম কাবা, যাওসঙ ফৌসুবা, লীকোন সান্নবা, লৈ লাঙবা (লেঙবা), লৈপুঙ ফম্বা, অসীনচীঙবদা সীজন্নে। মীতৈলোন্দা চন্নবা/লৈবা পাউখোঙসীঙ খবা মখাদা পীবী । **খুদম :-**

(১) চাব তেঙগোত থন, চাদবা তেঙগোত থন কবীনো ?

(২) মখাদা কৌবগা মথক্তা খুম্বা - কবীনো ?

(৩) নাকল চাবোক - কবীনো ?

(৪) উবগা খুনদবা, উদবগা খুনবা - কবীনো ?

(৫) পামেন উনা থক্তা থঙ লাঈজা ঈসীঙনা মযাঈদা লৈ, থৌদু নুঙনা মখাদা থঙ - কবীনো ?

(৬) লমযাঈদা ফেত-ফেত কাচিন্দা ঙেক - কবীনো ?

(৭) কাচীন লাঈমু - কবীনো ?

(৮) লৈনুঙ সনা - কবীনো ?

(৯) লৈনুঙ মোবোক - কবীনো ?

(১০) পীথোক্লীবা মখৈ মযেঙ তাদবা - কবীনো ?

(১১) সাতলগা মনাগী মচু মানবা,
মতাঙ খুদীঙ কোচী পানবা লৈ - কবীনো ?

(১২) সীরমলবদী সীরমলোয়দবনী,
সীরমদদনা সীবনী - করীনো ?

(১৩) চারীমখৈ কপ্পা, চাদ্রগা কপ্পা তোকপা - করীনো ?

(১৪) ঈসীঙ খুজাঈ অমনা মন্দীর
লীসীঙ-লীসীঙ তৈবা - করীনো ?

(১৫) ঐদী নখোয়গীদমক্তা কতথোক্লবনী
সীনীঙদ্রবদী ঐগী নাক্তা লাক্নু - করীনো ?

অসীনচীঙবা ।

## পাউরৌ

পাউরৌ হাঈবসী হৌজীক-হৌজীক থোকলীবা/ওঈরীবা নত্ত্রগা হৌখ্রবা / লাক্লদবা মতমগী থবক মওঙ অদু ফৈ নগ্রগা ফততে হাঈবদু খঙহনবা/তাকনবা হাঈবা ব্রাহাঈ অমনী । মসী মীওঈবা খুন্নাঈনা খুন্দা-লৈতারকঙৈদগী চতনরক্লবা মসক অমনী । পাউরৌসী মীওঈবগী পুন্সী খোঙচত্তা থেঙনরকপা কান্নবা মচী ওঈবা ব্রাখল/লৌসীঙ ময়াম অমা ব্রাহৈ খরদা পুন্না ফোঙদোকপা ব্রারোল অমনী । মসীদা খুন্নাঈগী ওঈবা নুঙগী চতনলোনচত/ব্রাখল্লোন ফুমদুনা লৈ । পাউরৌ হাঈবসী ব্রাহৈ খরনা অর্থ য়াম্না ফোঙদোকপা, তাবদা নুঙাঈবা, পুক্নীঙ লৌসীঙ ওঈবা অমদী সমাজনা চুম্মী হাঈনা খন্নবা অতেনবা নীঙথীনা সেমসাবা ব্রাফোঙদোক অমনী ।

মীতৈ খুন্নাঈদা নীঙসঙবা থোকত্রবা মতমদগী পাউরৌ অসী চতনদুনা/সীজন্নদুনা লাক্লী । পাউরৌনা মীতৈ সমাজদা অচৌবা থৌদাঙ লৌঈ । মীতৈলোন্দা চতনবা/লৈবা মরুওয়বা পাউরৌ খরগী **খুদম :-**

(১) নুঙ তাওগনী মোঙ্গথাপ লুপকনী ।
(২) নহানা মাঙ্গবা সাবা মঙ থল্লী ।
(৩) ঙাপ্পুম মমৈদা খুজীননা সীকপা ।
(৪) তুমাঙ্গ সঙবায় চারীগৈ মচা তরা পোকপা ।
(৫) ঈফুত চাম্মদী মেনবা ঙম্মী, মীচীন অমদী মেনবা ব্রাঙ্গ ।
(৬) থৌবান্দোঙ চফুবু কাঙ্গনবা য়েবরা ?
(৭) ঙসী সীনী পাউজেন্দে হয়েঙ সীনী পাউতাক্তে ।
(৮) নাপীগী মপান কৈনা তাঙ - কৈগী মপান নাপীনা তাঙ ।
(৯) পাঙগন্না সা ফাদে - লৌসীঙনা সা ফাঙ্গ ।
(১০) মালেম কোকথোঙ নাগে তৌবদা ফৈজা লৈতদুনা তোকপা।
(১১) চনীঙ য়েঙনা চাদীঙ তৌ ।
(১২) সোরারেন্দা তীন সীতকতলগা ঈমাঙ্গদা তাজে হাঙ্গবদুনী।
(১৩) অতোঙবদা লৈথোনবা অকুতপদা লৈতৌবা ।
(১৪) অঙাঙদী নীঙথাদা খঙঙ্গ হাঙ্গবদুনী ।
(১৫) ঈনাকখুনবা তরানা লাঙ্গরবা অমা সৌগতপা ঙমদে ।
(১৬) উচী কল্লকতুনা য়ুম মৈ থাবা ।
(১৭) পাতলীগৈদা হয়ীঙদসু নোনজৌ ।
(১৮) ঈখুত লানথোক্লগা মীখুত লানথোকঙ্গ ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** পাউরৌ হাঙ্গবসী মী/ সমাজ অমগী মরমচত্তা থীন্দুনা মসক তাকপা ব্রাহাঙ্গনী । সমাজ নত্ত্রগা মীদুগী মওঙ মতৌ অদু অপান্না হাঙ্গবগী মহুত্তা নাকোয়ননা থীন্দুনা তাকঙ্গ । মী অমগী মসাদা অমোত-অকাঙ্গ পকপা নত্ত্রগা চান্নদবা মওঙ অমা উরগা – "মীঙসেল/ নুঙসেল য়েঙঙু" হাঙ্গবগুম্বনী ।

পাউরৌ হাঙ্গবসী ব্রাহে অমদগী হেনবনা ওয় । **খুদম :-**
সনজাওনা ঙমওন থুঙদে ।

কৈ মচা চাউনবা য়োক্লগা মপু চাঙ্গী ।
চতপা খৈরগা লাদা তাঙ্গী ।

অসীনচীঙবা ।

## পানথৈ (প্রমান)

মীতৈলোন্দা পানথৈ (প্রমান) তৌবা/সীজন্নবসী ওল্লীঙৈ মতমদগী অদুম চতনরকপগী খুদম ফঙঈ । অদুগা হৌজীকসু চতনরী । পানথৈদা ৱাহৈপরেঙ সাঙনা-সাঙনা হাঙ্গীদুনা ৱাকোয় সুবগী কান্নবা লৈতে । হাঙ্গীনীঙবা ৱাফম অদুগা চান্নবা পোত নত্রগা মী, সা, হৈ, লৈ অমা হেক্তা পুসীন্দুনা হাঙ্গী । মসীনা মীওয়বগী মতীক, মগুন, ৱাখল লৌসীঙনচীঙবা হকথেঙনবা (Direct) নত্রগা নাকোয়ননা( Indirect) ওয়না থীনদুনা তাকপা/খঙহনবা ৱাহাঙ্গী নত্রগা হাঙ্গীফেত মান্নবা অনীদু চাঙদমনরগা ফোঙদোকপা ৱাঙাঙ অমনী । প্রমান হাঙ্গীবসী মীরোন অমদগী অমদা চীনথাঙ য়ৈনা চতথরকপা চাঙদম ৱাহৈ কাঙলুপ অমনী । মসীনা সমাজদা মতম-মতমগী ওঙ্গীনা থোকপা থৌদোক-ৱাথোক, চতনবী, হৌন লোনচত কয়াগী মসক তাকঈ । মসীনা মী, সা, উচেকনচীঙবা কয়াগী ফজবা লমচত ৱাঙাঙ-সঙাঙ অদু অতোপ্পা পোত নত্রগা করীগুম্বা অমদা পানসন্দুনা ঙাঙবা/ফোঙদোকপা ৱাতানী । অসুম্না অরোনবা নত্রগা অসেঙবা অদু নাকোয়নবা মওঙদা নীঙথীনা সেমসাদুনা ফোঙদোকপা হাঙ্গীবসীনা পানথৈগী ফজবা সকতম্মী । মসীদা লোনগী ফজবা অমসুঙ সুপচীন্না হাঙ্গীবা ৱাঙাঙ অদুবু পানথৈ (প্রমান) তৌবা হাঙ্গীনা মীতৈলৈবক্তা চতনৈ । মীতৈলোন্দা সীজন্নবা /লৈবা মরুওঙ্গীবা পানথৈ (প্রামান) খরা মখাদা পীরী । **খুদম :-**

(১) মহাক নোঙসাগুম কনলী ।
(২) থোঙ্গীবা পসোতমুক ঙৌঙ্গী ।

(৩) থোঙলেনগী থম্মোয় নুঙগুম কল্লী ।

(৪) মহাকতী উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওঙ্গবগুম্বনী ।

(৫) পুন্নীমাগী মায়থোঙ থাজমুক ফজে ।

(৬) চাউবা লমহুঙ্গমুক সীঙঙ্গ ।

(৭) জগোয় হৈত্ত্রগা মাঙগোন্দা তাঙ্গনৈ ।

(৮) মীগী মচাদা ঈচা সাবদী উদা নপ তৈবগুম্বা জাতনী ।

(৯) কৈনা ময়েক মাঙবরা ।

(১০) য়াহীপ নুঙাঙ্গবা চাকচা নুঙসীবা ।

(১১) ৱাতোন্না ৱাঙলগা ক্কাক্লা ফমদেকঙ্গ ।

অসীনচীঙবা ।

**খঙগদবা :** (১) পানথৈ হাঙ্গবা ৱাহৈসী হৌজীক্তী প্রমান হাঙ্গনা খঙনরে । মসী সঙসক্ক্রীতকী ৱাহৈনী । মসীনা মীতৈলোন্দা সীজন্নবা হৌরকপসী চাওরাক্লা ১৫শুবা চহী চা অদুৱাঙ্গদগীনী । মসীগী মমাঙদদী পানথৈ হাঙ্গনা ঙাঙনা সকনরম্মী । মীতৈলোন্দা অতোপ্পা লোনদগী চঙলকপা ৱাহৈ অমা সীজন্নবা হৌরকপা মতমদা মীতৈলোনগী ৱাহৈদুগা মান্নবা ৱাহৈদু পুন্না হাঙ্গবা / ঙাঙবা চতনৈ —**খুদম :-** পানথৈ-প্রমান, পরলোয়-নুঙসীত,বুধী-লৌসীঙ, হৱা-নুঙসীত অসীনচীঙবা ।

(২) পানথৈ (প্রমান) তৌবা মতমদা চাঙদম্নফম ওঙ্গরীবা — মী, সা, পোত্, হৈ লৈ খঙনবা ৱাহৈদুদা — গুম/কুম, মুক নচীঙবা ৱাতপসীঙ অসী তপ্পী । মসী মীতৈলোনগী ওয়বা তোপ-তোপ্পা মসক অমনী । করী-করীগুম্বা মতমদা হাঙ্গরীবা ৱাফমসী ঈন্দবা মতাঙসু য়াওঙ্গ। মথক্কী খুদমসীঙদা য়েঙঙু ।




লোয়রবা






নমীত